# BALIGEE SHAA

*(a collection of manipuri modern poems)*

By - I S Kangjam

Price Rs 35/-



ফোঙবা কাঙজম এন্তবপ্রাইজেজগী
শ্রীমতী ইবেমু দেবী কাঙজমনা
বাইটর্স ফোবম, ইম্ফালগীদমক।

খুৎনম অহানবা, নভেম্বব, ১৯৯৬

মশীং ১০০০

ফংফম থোকপা অইবা

মখুম বীবেন্দ্রজীৎ নাওবেম

মমন লুপা কুন্থ্রামঙা

নম্ফম বীব কমপ্যুটব প্রিণ্টিং ব্রাঞ্চ, লম্ফেল।

শেন্থুং পীবিখিবা

বাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল,

মথুম যেকপিবা

বীরেন্দ্রজীৎ নাওরেম

অমদি পুক্লীং থৌগৎপিখিবা মীওই

খুদিংমক্কী মফমদা

তৌবিমন

উৎ

চ

বি।

# পেজ্জদবা

নে অদ্রবা হৌজিক্কী পুন্সি মহিং অমদি তাংজক্ম ওইবিবা মওং-মরিন নাইদ্রবা সমাজ অসিদা অপেনবা হায়বদু কদায়দা লৈবিবাগে ? মী খুদিংমক পোজ্বাকপা তম্বা, পোজ্বাকশিন্নবা ঙাক্তনি, ছিংদবা যাদবগী ছিংবনি। নুংদা ওমদুনা চাক্লিবা নুংনাংবগী মৈবীদি ইমুং মুখাদে, মুংণুসু যাদে। মপান থোক্কে-থোক্কে হায়বকই, থোবকই মওং কয়াদা। থোবক্লিবা মওংশিং অদু উবদা নীংথিবা মশাক্তি ওইদে।

মীওইবা আশাগী মপান্না হিংবনি। অদুবু ওইবিবা অমদি ওইবক্লিবা হিংবমাসিনা চুংগী আশাদা থম্বা থাজবদি মাঙণকই, অসুম-অসুম মাঙশিন্নকই। তৌবগীদি আশা মাঙহনবদি যাদবনি। শাউনবসু-চৈনবসু, লোকপসু কপ্পসু আশা অদুবু নুংশিকদগীনি, পাম্মু করদগীনি। আশা লৈত্রবদি করম্না হিংগনি ? পুম্নমক হিংনীংবদগীনি। মওং অমনা হিংনীংবদগী থোবকপনি বাকং কয়া, পাউদম কয়া।

মবক-মবক্তা শোরেংথদ খব-খবদি অদুম মখৈ। নীংঙক-নীংঙকপদুনি। থাম্ম হৈদা ফাওবকপদু লোন্দা শাদোং ওইরগা থোবকপনি। পেনবদি ইউম ঙমদে, এসু পোজ্বাকপা তম্বানি. পোজ্বাকশিন্নবনি বাহৈ ওইনা খবদং হৈথাক্লগা।

খৃষ্ট কুম ১৯৭১ দগী ১৯৯৩ ফাওবদা হাঁখিবা শোরেংশিং থোমজিন্নগা ব্রাকংওই - পাউদমওই পুথোবকপনি। পুন্সি অসি পেন্দে, সমাজ অসিসু পেন্দে, পাউদমসু ইশানা পেজ্জাদে। পেন্দবগী পেন্দবা ঙাক্তনি। পোজ্বাকপা তমদুনা পোজ্বাকশিন্নবনি। পাউদম অসি পুম্নমক্কসু পেনবিবোই খঙই। অদুবু পাউদমজনীংবগী পুথোকচবনি।

ণংনবিবোই।

ইম্ফাল,

নভেম্বর ১, ১৯৯৬

# ফোরমগী মায়কৈদগী

খৃষ্ট-চহী ১৯৮৮ দগী হৌদুনা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী অইবা/অইবী ৪২ গী লাইরিক ৪২ ফোঙদোকখ্রে। লোয়ননা চৎলিবা চহীসিদা ফোরম মশাগী ওইজবা 'মণিপুরী সোর্ট স্টোরিজ' অহানবা ভোলুম (ইংলিসদা হন্দোক্লুনা ফোঙবা) লাইরিক অসিগী থানা পুন্না লাইরিক ৪৩ মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজখ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা ৬। অই এস কাঙজমগী শৈরেং লাইরিক 'বলিগী শা' অসিনা ফোরমগী ৪৪ শুবা খুদোলনি।

সাহিত্যগী মগুণ লৈবা লাইরিক ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা হাপচিন্নবা অমসুং অইবা মশানা লাইরিক ফোঙজবদা থেংনরিবা খুদোংচাদবা কয়া কোক্লবা হোৎনবনা অইরশিংগী মরূপ অসিগী মপুং ওইবা পান্দমনি। শেন্দোং তানবগী বাখল লৈজদে, অইবা মশেল থৎশন্নদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পোথোক পুথোকমিন্নরনি।

মরূপ অসিগী ৪৪ শুবা লাইরিক অসি মীয়ামগী খুত্তা হবাও তয়াম্না শিন্নজরি।

**বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম**
*জেনেরেল সেক্রেটরী*
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
৮ নবেম্বর, ১৯৯৬

# বলিগী শা

## মথং-মনাউ

# নঙ-ঐ-মা

ঙবাং অহিং পূর্ণিমা নুমিৎ
ব্লাকচিংগী অমংবা নোং-মঁপেগী মকমদা
কেকু লোংখি থাজনা,
মতেং পাংখি খুংশেমদা প্রকৃতিনা ॥
ঈশে শকখি লমহূইনা তাপ্পাদুদা
মকুনা তান থাখি,
হবাউনখি নুমিদাং চাক্তাবা ভাবোকশিং ।
নোং ঙাল্লগা
ঙাঙনরকখি মঁহে-মঁহে
য়া-য়া লাউনা –
"------------" ।
তশেংবনি,
নাহোকহনখিদে কনানসু খুদোংচাবদু
ঐসু-মাসু, নঙসু-মীসু ॥

ইম্ফাল
২৬-১২-৭১

## কংলা পার্ককী হিয়াঙ

কংলা পার্ক শঙ্গাবগী হিয়াঙদা
হান্না থোইবা নাকন্দো
থাদখিবদা ঙায়রিবা ঙা মচাশিংদুনা
মতেং পাংখি হায়নে,
মুরূম-মুরূম শোন্নে তিল্লিবা মীয়ামদুনা,
শঙ-শঙ হেক উহৌবদি
কবুলিয়া পাম্বীশিংদুনি
মনাক্তুদা
পবেং শানা হৌবিবা ।
অদুবু –
হায়দোবক্তে, বাচং-বানোমখিমান্নে,
লেপখি অথোইবদুগী মীচঙদা ॥

খঙদেদা,
মঙং অমা তৌবমান্নে মতমসে;
অাইন্না য়াদবদুসু
পুনবোইবে চংনবীনা ফোংবু ফোংদোক্রবদি
হায়নবদি য়াওখি –
কবুলিয়া নত্ত্রগা ঙা মচাশিংদু
পেন্নরমগদবনি ফাদোক শীবম্রবদি
হেন্না পেন্নবমগদবনি ॥

চুরাচান্দপুর
১৯-১-৭২

## অহংবা খূদম

পন্দুপ-পন্দুপ নাইববা পুন্সিগী
ৱাহৈপরেং কয়াগী মবক্তা
অহংবা খূদয়া হংলি ৱাহং অমা;
মতিক চাবা পাউখুম ঙাইবি,
চপচাবা ॥

নিংহাগী তম্পাক্তা য়াতাবদা মঙবা নুংঙাইববা মঙলান
মীকপ থোক্লকপদা কয়ুংদা ওন-থোইনা খাঙলম্বা
মদুরা ৱাহংসিগী পাউখুম ?
পাউখুম কয়াগী মবক্তা

অমতসু খোয়দাবা য়াওদ্রি অচুম্বনি খনবা,
পুন্সিবু নৈনবা খেসিস কয়াদসু
য়াওবমদে মতিক চানা থাজবা য়াবা।
অদুনা
খূদম অসিমক্কা ওৎলি —
ব্রাখলন্দা
মাথাদা
পুক্কীংগী শান্তিদা ॥

কবিগুন্বা
খূদমসিগী পাউখুম মতিক চাবা চৈখৈনা পীববতদা
ব্রাখনগী ওর্মখৈ তিনখিগনি অহাঙবা অতিয়াদা
মতমদুদা পুন্সিগী চেনা খমগনি ॥

অদুবু
মতেক্তা মাঙখি পুন্সি
লেমহৌই অহাঙবা চেনা কয়া
চেনা কয়া ॥

অদুনা
অহংবা খূদমগী মহুৎ
অচুম্বা চৈখৈনা শিনবা ওমদ্রি।
মতিক চাবা পাউখুম ফংদ্রি'মখৈ
লৈবি, লৈখিগনি খূদম অসিমক
খূদম অসিমক ॥

গুবাহাটি
২-৭-৭২

## ঈ মরিক

ওপরেসন্দা ঈ থাংলবা অনাবগীদমক

দককাব ওই ঈ থরদং

হিংনবগীদমক ।

ফংনবা হোংবৈ –

হায়জ-চংচদুনা

মকপ-মপাং, শাঁগে-নাঁতেদা

নত্তুগা
ব্লদ বেঙ্কতগী
নত্তুগা ঈ য়োনবনা শিন্‌ফম ওইবা মহাত্তুদগী
মমন য়াম্না পীদুনা
থব্বায়গীদমক, হিংনবগীদমক ।।

অহোঙবা হায়বদু লৈত্রবা শতাব্দীসিদা
মফম খবদদি
কবিসু মমল লৈহন্দ্রি ঈগী,
লৌখোং চোন্না চেহুবি ঈতনা
চেহুহল্লি
থৌবাংলি চেহুহনগদবগী
ভিয়েৎনাম, বাঙ্গলাদেশ, খা আফ্রিকাদা
মফম কয়াদা
মাযকৈ কযাদা ।।

তাঙবনা ফংবদা বাববা
পীববসু পীনীংদনা পীবিবা
ফংদ্রগনা মুৎলিবা পুন্সি- মৈবা কয়া
অঙাংবা মচুগী
ঈ মবিক ।
কয়াদা মমল লৈবিবা
অমুকসু মমল য়াওহন্দ্রিবা
ঈ মবিক ।
মবিক-মবিক্লা শাবা ঈ ।।

ইম্ফাল
২০-১১-৭২

## লৌমীগী লৈবাক্তা লৌমী

১

নুংশিৎকী ইপোমদা বায়-বায় ফৌনানা
মবোং চুম্রবা ফৌ চবোং সনা মচুগী
উবদা নোকচবিবা, মায়থোঙ মকা লায়।
কাউথোকশ্রবনি মহাক্লা বাখিবা,
হুমাংমন্নি ঙসি মহাক্লা নোকচবিবা।
ঙসিগী নুমিৎ মহাক্কীনি,
হয়েংদি মীগী ওইখিনি,
মতমদুদা
নোকপা ফংলবোই মহাক,
লৈববোই নোক্লীংবগী আশাসু।
কবিগুন্না
নোকপা থোক্লবদি মহাক্লা
হোংগনি নোকপগী অর্থ
অনৌবা অর্থ
অহোংবা মীনোক্কী অহোংবা অর্থ।

২

নীংঙৈ-কৈ লৈজদবা মহাক্কীদি
কালেনগী মৈশা
লাংবনগী নুংশা
পোইনু থাগী পুক্কী মৈশা
খেন্নবা লৈতে,
অখাঙ কনবগী হৈনবী লৈত্রবা মহাক্তি
নোম্বা তাবনি অখাঙ কন্না অদুম
মপুন্সি চুপ্পা।
অখাঙ কনবা
মগুণনি মহাক্কী
কাহৎহনবা ঙমদ্রবা মৈশ্যা খুদিংমক্তা,
মাঙহনবা য়াদে মগুণ অসি।

৩

শহবদগী লাকপা
অহাঙবা টাটা গাড়ীনা
মহাক্কী লৌবুক মপাদা
কোছোঙ ময়াদা
ঙহাক পুঙ্গোই খান্নদ্রগা
মবুক থন্না হনখিবদা
চাউথোকচবা মহাক্কি
তৌজকবা মহাক্কী সঙ্গীদমক।
তাম্না চৎখ্রবা গাড়ীবু
চিংনা-চিংনা য়েংলগা
নোকচবনি মহাক মোমোন।

৪

মহাক্তো
লৌমীনি।
লমদমসিনা
লৈবাক্তি মহাক্কুম্না ঙাক্তগী,
লৌমীগী লৈবাক্তি লমদম অসি।
লৌমীগী লৈবাক।
মমিংনো কয়াদা ফজত্রবা।
মুৎহনবা যাব্রনে মমিংসিবু ?
লৌমীগী লৈবাক্কী
লৌমী মখে হিংদবা য়াদে,
তৌইগুম্বসুং
লৈবাক্কী ইজ্জৎনি ইনাক খুনবনা,
হিংদবা য়াদে মখোয়
লৌমী কয়ানা য়োমশিল্লগা
য়োকখত্তবা য়াদে ইনাকখুনববু,
মখোয়গীদমক য়েংদুনা
নোমদবা য়াদবনি লৌমীনা,
নোম্বগী থবক লৌমীগীনি।
লৌমীগী লৈবাক্তা
লৌ উবা তাই লৌমী মখে
অৱা-অনা থিদনা
নোংজু-নুংশাগী খন্দনা।

ইম্ফাল
২১-৮-৭৩

## নোইমাইজিংগী নুমিদাংবাই

কুনশুবা শতাব্দীগী হিল-টাউন চুবাচান্দপুব
সিচুয়েশন্না তঙাইফদনা হোলিবুদ ওফ মণিপুব !
হোলিবুদ ওফ মণিপুব !!
চয়োল অমা হেন্না ঈকজবক্রুবা হকচাং
নুমিৎসিগীদমক থন্না ফজবা মফি শেংলগা
মশম খাকপা, মশম ককপী কয়া-কয়া
মখুত্তা হোলি বাইবল কন্দেন্সদ তৌববা নিউ টেষ্টামেন্টকী
মুকথুবী পাইথোবকপদুনি নোং হাংলকপগী
ময়াম-ময়াম, মঁপৈ-মঁপৈ
অনী-অনী, পূংবা-পূংবা
চর্চতগী কাংশিগী মখোন—গোং-গোং
হোলিবুদ ওফ মণিপুব !
মন্ত্রি-মন্ত্রিবকপদা ফন্মিন্নহৌই উয়ূং মখোঙদা
চংমিন্নহৌই নাইতোম ভাথু-থেংদু
চর্চতগী কাংশিগী মখোন-গোং-গোং
মখোয়-মখোয়সু গোঙ-গোঙ।
চঙমিন্নখি অনীথক মোংশোঙ মকমদা
থোবকই অনী'মা চিবোন-চিবোন শুক্রা মন্নদা,
খুন্নুং-ব্লাখন্না লৈকাং চুববা পলেম-পষ্টৌ
তুমখুন তাল্লি নুংঙইনা উক্রোঙ তিক্কুনা
অনী-অনী, পূংবা-পূংবা
ওন দিস হোলি সন-দে ৱিথ হোলি বাইবল
হোলিবুদ ওফ মণিপুব !

চুবাচান্দপুব
১৩-১০-৭৩

## চৈনাখোন

কবমো ?
ঐসে ঐ ওইনীংদ্রেদা,
অদুবু
ওইবা তাবি
ঐ,
ঐ অসুম।
তৌবগীদি ফববনি ওইদবনা,
হেন্না ফববনি।
কয়াম কুইনা
ঐবু ঐ ওইবা তাবিবা ?
উবিবসে, তাবিবসে
উদ-তাদবনা ফববনি,

খঙলিবসিসু ফববনি খঙদবনা।

পূম্নমক -

ইতম্বাক্তা।

ঐগী ইতম্বাকসিদা।।

খাঙবা ঙমদ্রবনি ঐ,

ওইনীংদ্রবনি অখাঙ কনবী।

কদায়দা চৎখ্রে শিব-শঙ্কব- ভূতনাথ ?

কৈদৌবে শাদ্রবদি তাণ্ডবকী জগোই ?

ঙাইবিবনি ঐদি ডমকগী খোঞ্জেন অদুতবু।

ঐবু

মিঙ্গৌবিদুনা 'অখাঙকনবী ইমা'

ঙাওহল্লে রাহৈগী কবপসন্না

ঙাওহল্লে ঐবু ইশানসু যাদনা।

ইশাগী ব্রাদি –

পোকখায়নীংলবনি পোক লাউনা,

পেনগদবনি মদুতদা।

কনানো লমজা-শবানা

কনানো নুংঙাই-য়াইফবনা

মপুনা কনানো

মনাইনা কনানো

খঙগদবনি মতমদুদদা।

অদুবু পূম্নমক –

ইতম্বাক্তা।

ঐগী ইতম্বাকসিদা।।

ইকাইববনি ঐ,

থা-থবানমিচাক্কা নোক্লববনি।
থাজকদে,
ঐ শুকথা থাজকদে
ওইবক্কনি নোংমদি অসুম্মা
ঐঙোন্দা
ঐগী পুন্সিদা
ইতম্বাক্তা।
ঐগী ইতম্বাকসিদা।।

তমথীদা।
ওহোক্লা তমথীদা।
ফত্তেদা ওহোক্লসু।
কবম্বা পাম্বৈনা
ইমিৎ অসি তাঙগনি?
ইনা অসি পঙগনি?
অদু ওইদুনসু
মখণ্ডি থম্মোইনদি
হেক্তা মখণ্ডি।
ফুজী।
বিষুবিয়স।
কৈদৌবে নচীন মেন্দুনা খাঙলবদি?
ওথোক্লীংলে থীবোঙ-থীবিন পুম্নমক।
হোলিবুদকী হেলোয়গা
লৈবঙ শঙবী য়ুমগী মৌগা
কবি লৈবিবগে খেন্নবা?
কদায় অমম-অঙানগী অবোন-অথুপ?

মপাঙ্গল হল্লে নুমিৎকী
নমহৎখ্রে অমম্বনা।
বাবদা শাবা টুইষ্ট জগোইগী খোঙথাংগা
গলিদগী নাবোন্দা থোকখিবা মৌনহাগী খোঙথাংগা
খেন্নবগী চৈখন কদায়দা ?
শাউবে লৈবঙ শঙবী,
লাউবক্লে মখোয়গী শকক কদায় ?
মখোয়গী লিবর্টি লৈত্রে,
লিবর্টি।
পূম্নমক
ইতম্বাক্তা।
ঐগী ইতম্বাকসিদা।।
ঈ চুপলি ইথবাক্কী,
শেৎ-শেক্তুনা চাবি থোৎলবা ঐগী শদোং,
মসিবু ঐগী পুন্সিবা ?
পুন্সি।
মহাউনা কবি ?
অখাবা ?
অয়াকপা ?
অথুম্বা ?
অফকপা ?
মচুদি —?
অশংবা।
অঙাংবা।
নাপু।
অমুবা।
অঙৌবা।
নত্ত্রে অঙৌবদি

শগুজিন্নপ্রে মঁহে-মঁহে মচু অমমম,
মচু থোক্রে;
চনৈনবা!
অমম্বা!
য়েংঙু, কয়াদা তমথীব্রবা!
নেংলগা অমনা অমগী মথবাক্তা
মচেং-মচেং
মচেং-মচেং শেংলিবা
অসুক নুংশি হৈতনা।
পৃম্নমক —
ইতম্বাক্তা!
ঐগী ইতম্বাকসিদা!!

মোবেলিটি!
কদায় মোবেলিটি?
তাম্লোকপ্রে সৌবজগৎকী বাংমদা,
তিল্লাইখোম্নীবু খোঙপাক্লা তাবগুম
তাহৎপ্রে মোবেলিটি।
মসিবু
লিবর্টি!
নন-সেন্সকী লিবর্টি!!
পৃম্নমক
ইতম্বাক্তা!
ঐগী ইতম্বাকসিদা!!

হন্দোকপ্রো,
পামজদ্রে, হন্দোকপ্রো থাথা,

চীরোল তৌরনু –

"বন্দে মাতরম!

বন্দে মাতবম!"

কাপথোকখ্রো,

বোকেটতা হাঞ্জিল্লগা

কাপথোকখ্রো তারবোহি-উববোহিদবা মফমদা

ঐঙোন্দগী থাল্লা।

কোক ঙাওরে ঐ,

হূক-হূরু লৈবে,

অদুবু

ঐগী খোঙচৎ!

থেঙ্গুগী মোং হাদবা খোঙচৎ!

হোংদোকপা ঙম্রবদি খোঙচৎ অসি

নুংঙাইজগবা কয়াদা।

নুমিৎ!

নঙসু ফুদোকহৌবো নতীং

ঙমজবীদা,

নত্তবদি কান্নব্রে অঙানবা মিংথোন শকপগী,

হঞ্জিনহন্নখ্রো নঙগী মৈশা নশাদা

লাক্লে অমম্বগী মতম।

ফুব্রে ইথবাক অসি নিংশা মচেৎনদুনা

বারে ঐ,

থাদোক্লগা চিংশিনবগী শক্তি

ফংবা ঙম্রবদি অথুবা খোঙচৎকী শক্তি অমুক্তং

লৈদুনা অমুক্তং ঙমজবীদা

খনবনি পোৎলুম অসি থাগে,

## মতমদুদা

ফংগনি পুক্নীংগী শান্তি;
অদুগুম্বা মিংকুপ্পুনি ঙহিবিবা
ঈখৌ লাংনা
লাঙতক্লনা।
হোন্নীংঙি নিংশা অসি অমুক্তং
নে তানা,
মসিবুনি ঐনা শুইবক্লিবা অসুক কুইনা,
অদুবু
ঐনা ঐবু থাজদ্রি,
থাজবা ঙমদ্রি,
লুবিবা অমনি মসিসু।
পূম্নমকসিদগী নাম্থোক্লবা পাম্বৈদি
ঐনা ঐ ওইদবা অসিনি।
অদুবু দানলা
দণ্ডিবা
খঙদে ঐ,
ঐনা ঐ ওইবি
ব্রানা
যাম্না ব্রানা
কপ্পীং-কপ্পীং কপ্পদি ঙমদ।
মসি –
চৈনাখোন অমনি পুন্সিগী,
চৈনাখোন।

ইম্ফাল
৬-৫-৭৪

# সনা লৈবাক মণিপুর

মণিপুব !

মণিপুব !!

সনা লৈবাক মণিপুব !!!

শৈথাবম্মি ঐশেবশিংনা নতিক-নগুণবু য়েংদুনা

পামজনা-নুংশিনা-খোযদানা।

অদুগুম্বা মণিপুব !

## সনা লৈবাক মণিপুর !!

ঙসিসু

সনা লৈবাক মণিপুর !!
রাত্ত-পাদবা পূক্নেনা থল্লবা
সনা চীবেন লুপা চীবেন
চীবেন অনীনা চীবোয়নবা
ইবুধৌ নোংদা লাইবেন পাখংবগী
মণিগী লৈবাক মণিপুর !
মায়চৌ খোংনাং থাবা
লাঙ্গোন লুখোই, গনক থেঙ্গ্রানা
পোবম য়াংলল্লবা থম্মোই শোক্লা
মাঙলমচংকী রাবু নীংশিং
তুংলমচংকীবু খন
নব-গম্ভীরগী, টিকেন্দ্রজীৎকী
লৈমা লিহোইঙম্বী, কুবঙ্গ নয়নী পোকপী মণিপুর !
রাজর্ষিগী মণিপুর !
ও. !
ঙসিগী মণিপুর !
শতাব্দী অসিগী নুংশিববা ইবৈবাক
পাবোন-পুবোনগী খুনাম মুৎলক্লবা
ঙসিসু নঙগী কোলোয়নি –

সনা লৈবাক মণিপুর !
সনা লৈবাক মণিপুর !!

ইম্ফাল
১২-৫-৭৪

## দাবী

মংফমদা কুইনা তৃম্লুববা
আত্মা অমনা
হৌগৎলগা লানখৎলকই ব্রাকৎ-চে
বিধানসভাদা —
কুইবে ঐখোয় চাদ-থক্তবা
পীযু ঐখোয়গী চাকথুং।
বিরোধী দলনা খূবাক প্রোক-প্রোক !
ঙাইনখি পাউখুম চীঞ্জাক-মন্ত্রীগী।
নুংঙাইতে পাউখুম,
পেন্দে ;
থোকখি মপান্দা বিরোধী দলগী মেম্বরশিং।
অরাবা ফোঙদোকখি মংফমগী বিপ্রজেক্টেটিব
লাউবম্মি —
    নো মোব !
    নো মোব !
কলিংগী মার্যকৈদগী খনখিবা
মীচঙ-মীখায় নাইদ্রবা স্পিকরনা
ওর্দর তৌখি —
    এসেম্ব্রী এদজোর্ন !

ইম্ফাল
২০-৫-৭৪

## ঐখোয়সু অমনি লেঙ-লেঙ চৎপা

পৎলে পদ্র পদ্র, পুম্নে
মনম নমথিবে পুম্নমক,
তগৎ-তগৎ তেকপা
হুন ঙাক্তা লেঙ-লেঙ চৎপা
তনোয়-তনোয়
মবুক তহি-তহি
অপুম্বা পেন্না চাবদগী, ঈবোইদুনা অপুম্বদা ॥

ঐখোয়সু অমনি লেঙ-লেঙ চৎপা
মখোয়গুম,
মখোয়সু ঐখোয়গুম,
চপ মান্নবনি।
কবপসন!
হুৎ-ফেৎ!
রাজনীতিগী লানওং!
তিজোং-কাংজোংগী পোলিসী!
ওম্না গ্যাস ঙাক্তনি অপুম্বা কোমদগী থোবকপা
গ্যাস!
মনম নমথিরবা!
অদুগা
ঐখোয়না অপুম্বা চাদুনা হিংবা
নিংশাশোব হোনবা অপুম্বা গ্যাসতা
লেঙ-লেঙ চৎপা জীবদুনি,
ঐখোয়সু অমনি লেঙ-লেঙ চৎপা।

চুরাচান্দপুর
১-১১-৭৪

# বিন্দু

অথৌবা ৱেদনা
মচীন তুম্না ইৎলবা পেন্সিলনা
কিৎ নম্মি অঙৌবা চেবাংদা
বিন্দু অমা
বিন্দু।
অদুগা মুন্না যেংঙি ঐনা
বিন্দুদা।
অর্থ খণ্ডদে,
অর্থ।
বিন্দুগী।
মসি ফাওবদি থাজে ঐসু —
ভেল্যু লৈ বিন্দুসিগী, মমল লৈ।
অদুগা
খণ্ডবা ওমজদে ইশাগী পুন্সিগী ভেল্যুদি,
খণ্ডদে খণ্ডদ্রিবগী মবমসু।
অদুবু
মাঙদা লৈবিবসিদি বিন্দুনি,
বিন্দু।
মশাগী ভেল্যু লৈজবা বিন্দু।।

ইম্ফাল
১৪-১১-৭৪

## হামেঙ মচা

পোকপদা ওয়ায়বিবা হামেঙ মচা
য়েংঙি তথক-তথক — নাক-যেৎ, অকোয়বা
হংঙি মপীদা নিংশাশোব মপী হোন্না —
"ইমা, কয়াম ৱাৎলিবগে দূর্গা পূজা ?"
হামেঙ মপী
মচাবু চিংনা য়েংঙি,
হায়বকই —
"হৌজিকপু দুর্গা পূজা হায়ব'মুক লৈবিৱা ?"
ত্তান তাই হামেঙ মচা,
মমিৎ শুকই,
হাই-হন্মি হৌবক্রিবা মচী অনীদু
খোংলকই —
"মেঁ-মেঁ-মেঁ - - - !"

ইম্ফাল
১-১০-৭৬

# অবতাব

শকলোন মখন কযা পুবা
অবতাবদু ঐনি,
যুগ-যুগতা তৌবম্বা অবতাব
ঙসিনা
মীৎকুপ পৃংজা নুমিৎ থাদা
মতম-মতমগী তঙাইফদবনা।
ঐনি খাদী শেৎপা কঙ্গ্রেসসু
লাঙ্গোন পায়বা জনতাসু
ওইবকপা য়াই নোংমনা
ফিঙাং শেৎপা কম্যুনিষ্ট।
মীৎকুপ পৃংজা খবগী মনুংদা
ওইনীংবা শক্লোন লৌবা ওম্বা
ঐনি স্বয়ং অবতাব।
লৈবাক প্রজাগীদমক খন্দুনা
শক্লোন লৌবনি মতম-মতমগী,
ওইনীংবদা ওইবনি,
হুৎ-ফেৎ ওম্বা
ঐনি অশেংবা অবতাব মতমসিগী।

ইম্ফাল
৮-৫-৭৭

# প্লাস্তিকী লৈ

প্লাস্তিকী লৈ
খুইথবা নাইদবা, পংপা লৈতবা
তগৎ-তগৎ তেক্লা উবা মতম পুম্বদা
লৈনম চেন্দবা
খোইমুসু ইন্দবা
কত্তবা ঈশ্বরগী মফমদসু
কদায়দা য়াওবি মঙোন্দা লৈগী মগুণ ?
পংপা-খুইথবা লৈতবগীবা
কাগী লৈতেং ওইহল্লুবিবা মাবু ?
পোকপা-শিবা নাইবা মীওইবনা
মীবায়দুনা অশেংবা লৈবু
কবিগী শাকবিবনো প্লাস্তিকী লৈ ?
তাক্লিববা মীওইবগী নুংগী অপাম্বা
লালহৌবিবা ঈশ্বরগী মায়যোক্তা
ফংবা ঙম্নরোইদবা অপাম্বদুগীদমক ?
খন্দুনা —
তৌবা হৌনৈ কবিগুম্বা খবদং
মায়য়োক্তা কনাগুম্বগী,
লোনচংনি মসি মীওইবগী।
অদুনা শাকবিব্রা প্লাস্তিকী লৈ
তাইবঙ-মীনা
অসুক থব্রায় য়াওনা ?

চুরাচান্দপুর
৩০-৫-৭৮

## লাইথি

হে লাইথি !
উবগা তাইবঙ মীবু
নুংনাংজববা নদোম
পাল্লবসু নচীন ঙাঙবা ঙমদবগী
পাল্লবসু নমিৎ উবা ফংদবগী
পাল্লবসু ননা, লৈতবগী তাবগী শক্তি ?
ঐনদি কল্লকই নহাকপু
ঙাঙদবগী ঙাঙহৈদ্রবা ব্রা ময়ামসে
উদবগী উহৈদ্রবা থৌদোক ময়ামসে
তাদবগী তাহৈদ্রবা ময়াম ঙাঙলিবসে,
ফাওদে নঙোন্দদি
অব্রা-নুংঙাই, কল্লক-য়েংথী-মিহৌবা,
খল্লুদেদো কদৌঙেদসু মীগী ফত্তনবা,
খক তাল্লুদে নশাগী ওইজবসু,
অদুক চম্বা নঙগী পুন্সি
কল্লকই ঐনদি।
কবি খল্লিবা নঙনদি
খঙবা ঙমদে মদুতদি ঐহাক।

ইম্ফাল
১-১১-৭৮

## সভ্যতাগী ৱারী

মতম কুইনদগী
নুমিৎ কয়ানি, থা কয়া, চহী কয়া
অসুক লাণ্ডতক্লনা ঙাইবকখিবা
তাঙঙম-খৌবাং-থাদা পোকপা থব্রায় অমগুম্না
ঙসি ফাওবদা
হৌজিক ফাওবদা
অহংবা খূদম অমথক্কী
চৈথেনা লোম্বা পাউখুম অমা।
ঙাইবগী পোথাবা লৈত্রবা লম্বীসিদা

ঙাইবক্রি, ঙাইবি, ঙাইখিগনি।
মবক্তা
কোৎখ্রবা কোমা কয়া, সেমিকোলোন কয়া
অদুগা
ওইবা মঙমদ্রবা চৈখৈনা পনখৈতদি
অদুগুম্বা পাউখুম অদুদি
ফল তাদ্রবা অঙ্কগুম
লম্মুক্লবৈ ঈপাক'য়ায়দা
মবৈবি শম্নদুনা মবী-মবী।
ঙবাং লোইশিনখিবা চহীদু
লাকপদা ঙসিগী অনৌবা চহীনা
ওইখ্রে ইতিহাসকী মচাক,
ঙাইবগী লম্বীদা হেংনখিবা
কোমা, সেমিকোলোন কযাগী রাবীদু
মতমগী ইতিহাস শাগৎনবা
ঙম্না মচাক ওইখবে।
অদুগুম্বা রাবী
মমাঙথোঙ থিংলগা মনীংথোঙ হাংবগী
খঙহন্নীংদবা অবোন-অথুপকী
ওইজবা তানবগী
মতমগী নোংলৈনা হুম্লকপা
অমম-অঙান কুপ্পা গুম্বা
লৈখোম তৈবা রাবী কযা
মখন-মথেনগী রাবী কয়া
রাবী কযানা শাবা রাবীগী
যুম্ফম যাওদ্রবা ফুবা দলান কয়ানা

লাক্লরক্লবদা জয় তৌনবা
মতমগী সভ্যতাবু
লৈবোন চনখ্রে মোইরাং থোইবীগী বাবী,
সীতা, সাবিত্রীগী বাবীসু
মণ্ডায়বে লাইবিক্কী চেনাদা য়াওবদা।
হৌখ্রবা ঙাক্লি ঙম্মক,
হৌজিক ওইবম্বনা চংখিদুনা
ওইখ্রবদা ঙসিনা ঙবাং
অদুগা ঙসিনা হয়েং
লেপ্লা লৈতবা খোঙচংসিদা,
খঙবা ঙমদ'রখে মিংকুপ নাহুম ফনা শিংদুনসু
ঙাইবি ঙাইবে লম্বীদা অসুম।
উক্রোঙ অহোবগী ঈশেগী সুবনা
নমহৎখ্রবদা তৌদ্রীগী মখোনবু
চক্কনা শাবা মীসু
শাবক্লে জগোয় ঐ মণ্ডায়বে হায়দুনা।
মতমসি য়ৌব' ফাওবদা
শকখঙজদ্রি ঐদি ইশাবু,
ঙাইঙমদ্রবা পাউখুমবু ঙাইনা-ঙাইনা
চক্ক ফুদিংকী মখা থাম্রবা ফৌবাম্মা
মতোন থোকপা ঙাইবি
মসিনি ঐগী বাবী
মতমসিগী বাবী
সভ্যতাগী বাবী।

ইম্ফাল
১-১-৭৯

# অশিবা থব্রায়

কনানো পোথাবিবা ?
লাইবেক্কনু, শূ-লোম্মু
খুৎশুমন্না হিংবা নওদি।
নওগী নখুৎকী হুমাং মচুমদা
হিংলিবা থব্রায় কযাদু
কবিগীনো কাউথোক্কে খল্লিবা ?
অমোনবা মোনপাক্তা ফমলিবশিংবু
নখোয়দৌ থিৎনা মিহৌবিঙে
লৈমা য়েংলিঙে খুনু কা'গুম
কাবোহি খনববা নঙোন্দসু ?
খুৎশুমন্না হিংবা নওনা
য়াববা মখোয়গী মতৌবু তম্বা ?
খওজ্ঞু নওনা নওবু,
কবিগী তূমলি নমিৎ পাওনা-পাওনা ?
কবিগী হৈনীংত্রি অদুক ?
চাবী থাববা ঘড়ীগী কাতানি নহাক,
কবিগীনো লেপকে খল্লিবা
তেক-তেক-তেক
কবিগী কাউববা ?

ইম্ফাল
২৪-১০-৮০

## থাজবা

মীওই কযা
জাতি কযা
সমাজ কযা
হিংলি থাজবদা,
অদুবু
মুন্না খন্তনববদি
কনানা কনাবু থাজবিবা
মশানা মশাবু থাজবা ঙমদ্রবা মতমসিদা ?
অদু ওইদুনসু
অমনা অমবু থাজনদ্রে হায়বা
ৱাফম অসিমদি
থাজনবি পূম্নমক্না।

ইম্ফাল
২৫-৩-৮১

## তাজমহল

তাজমহল '
নাপন তৌবি নঙনদি
নশক ফজৈ হায়দুনা
যমুনাগী লৃববা ঈচেন্দা
নুংঙৌগী নশকপু য়েংজবগা।
ঐনদি
যেংদুনসু নঙবু হন্না-হন্না
উবা ফংদে উনীংবা শক্তমদুদি
তাবা ফংদে তানীংবা সুবসু।
উই ঐনা নঙগী নশকসি
ঙাংশং ঙাংনা
হিংচা-যাইতম্বা অমগুম
শবৎ-পূর্ণিমাগী অহিংদা
থাবনগী মঙান্না য়ৈবদা
নঙগী নথক্তা চেষ্টবিবা
শিম্মীশিংগী অঙাংবা ঈ
নঙনা লোৎশিন-লোৎশিল্লগা

হেল্লকই হেন্না মশক থোকপা।

তাবিবা খোঙ্গেনসিসু

নুংথং-শেবনীগী মখোন মবক্তগী

থক্তোবকপা নাহেখোন্নি

মশীং লাকণ্ডমদ্রবা কযাগী,

অকনবা চৈবাক্কী মখাদা

ঈখমুপ্রবা থরায় কয়াগী,

তা'ঙমদ্রবা খোঙ্গেন্নি তাবিবসি।

কবিগুম্বা নঙনা

নুংশি-শক্তম উৎপগী মহুত্তা

শিম্পীশিংগী তাঙলবা হুমাংমন্দু

উখোকপা গুল্রবদি নীংথিনা

পেল্লমগনি ঐগী পুক্নীংসি ,

গুল্রমগনি শুমহৎপা নঙনা ঐবু,

য়েংনীংলমগনি ঐনা

নঙবু মিৎ কুপ্তবমখৈ।

অদুবু ঙসিদি

চিংনা য়েংলগা নঙবু অসুম-অসুম

য়েংনীংলকই নঙনা নীংখায়বকপদু

মকুপ-মকুপ তানা,

থিনীংঙ্গি মকুপ মবক্তুদা

হুমাংগী মবিক, ঈগী মবিক

মমন য়াম্রবা

নঙগী নুংঙৌদগীসু হেন্না মমন য়াম্রবা।

আগ্রা

১৫-১২-৮২

# হঙোই অমসুং লিন

হিংনা পূময়োৎ য়োৎশিনখ্রবা
হঙোই মচাদুনা
হোৎনৈ মপান্দা থোক্কদবৈ
লিনগী মবুক্তু হোগায়বগা।
লিন্দুনা
থেক্লা-খোয়না চত্তুনা
হোৎনৈ মতেক-মতেক তেকহল্লবা
হঙোইগী শব্দ-শয়াঙ পূম্না।
ফনা হোৎনদুনসু
পাম্বৈ নৈত্রবদা নাম্থোক্লবা
অবোইবা সোব হোল্লদুনা
খল্লকই হঙোইনা –
হয়েংমুক্কী মপোক্তদি
পোক্কে ঐসু লিন ওইনা
অদুগা
মহাক্না পোকসনু ঐ ওইনা।

আগ্রা
২৭-৬-৮৩

## মগুগী ঝা

মতম খবগী মমাঙদা
শিগ্রবা ঐগী মকপুনা
নোংমা মগুদা লক্লেগা
হায়রিবে ঐঙোন্দা —
নুংঙাইদ্রেদা শিবা হায়বসে।
শিবগা নুংঙাইবমুক নুংঙাইবা
ফংবা ঙমখিদে হিংলিঙৈদা,
নুংঙাইবা পাম্লবদি নঙসু
যেংঙু অমুক্কং শিদুনা।
মগুগী ঝাসি
খগুদে কয়াম চুম্বা,
নুংঙাইবদি পাম্মি
শিবাদি শিনীংদে।
ঐগুম্বা
শিনীংদবশিং ঙাক্কনি
মচান্দা শিজনীংঙে শোল্লবসু
হনগুম লেঙ-লেঙ চত্তুনা
নুংঙাইবা থিবিবা পূম্নমকসি
শুকফং ফংদবর্মখৈ নুংঙাইবদি
শিবা ঙাইদুনা লৈবিবা।

আগ্রা
১০-৭-৮৩

## ফৌওইবী অমদি লৈল্লেমা

সনবাপ্প মচুগী ফিজোন্না লৈতেংলবী
ফৌওইবী লাইবেল্পী
নোংথাং লৈমগী শক্লোন লৌ
লৈন জগোই শাবদুনা
চংলি লিফং-লিফং
লাইববা লৌমীগী লৌবুক্তা।
ইনাকখুনবগী
যোংকী উপ্ মনুংদা
কেকু লোংপী শান্নবিবী
লৈল্লেমা লক্ষ্মীগী
শেনগাউ মখোন তাবদা
ফৌওইবী মমিং তথক-তথক
মঙক নোন্না চঙখি
ইনাকখুনবগী শঙ্গাই' কাচিন্দা।

ইম্ফাল
৩-১১-৮৩

## উপদ্রব

খঙহৌদনা তাখি খোঞ্জেন অমা
নূপীজা অমগী
অকি-পাখৎপগী
অমম্বগী অচিকপদুদা
মাওখি খোঞ্জেন্দু ।।

মবেং থোল্লবা কৈথেন-শনশিং
চংখি মবী-মবী অমম্বদুদা,
তাবকখি অমুক নুংহিক্লবা খোঞ্জেন,
কৈথেন ভাকপশিং
চেজেং কোনশিন্নে মখোয় মশেন
থক-থক নিকপমখৈ
খল্লদুনা —
কৈথেন লাইবেল্লীগী নুংহিকখোন্নি ।।

ইম্ফাল
১৭-৯-৮৪

# খোঙপাক

লক্ষীদুদা
চৎলি হঙ্গং-হন্দা
ককচেং ময়াম মবী-মবী
পোত্থাবা লৈতনা
পুন্সিগী থৌদাং পাঙথোক্রদুনা।
চাউববা খোঙপাক অমনা
নেৎশিনখি চবেৎ,
খোঙপাক্কুনা থাংদোকখিবদা
কোচেন চৈন্নে ককচেং ময়াম
মখোঙ তেকপা যাও
মকোক কাযবা য়াও
শিদুনা তাবি ককচেং কয়া'মা।
মবিংজেন খাববা ককচেং অমনা
তান্নদুনা চিকই খোঙপাক্কুদা,
নাচুংদে খোঙপাক
হাক্কজগুম তৌখি খবা খজিক
তক্রুম্মি অমুক্তং লৈপাক্তা
মবিংজেন খাববা ককচেং
থিবা ফংদে মশা ফাওবা,
নিঙাইদনা চৎখি খোঙপাক
তপ্পা-তপ্পা
কবিসু থৌশাদনা।

ইম্ফাল
৭-৪-৮৫

# লৌমী-শিগ্মী

লৌমীনা লৌবুক্তা
শিগ্মীনা শিনশঙদা
শীজিন্নৈ মপাঙ্গল
শীছহল্লি হুমাং
ফি মচেৎ শেৎলগা
চাবা নামতা চাদুনা
অদুমক্তদা
মশকক ওই অৱাৎপা ঙাক
ফিজেৎ ফিথুংদে
মবুক থন্দে
খঙবা ঙমদে পুন্সিগী মহাউ
শূনা-শূনা নোম্না-নোম্না।
মতোন লোমখি মপুন্সি
পুন্সিবু মশক খঙদনা
নুংনাংবিনবা কনা য়াওদনা
নীংশিংবিনবা কনা লৈহৌদনা।
খঙবিদনা কনানসু
পাল্লি মখোয়গীসু থম্মোই'মা।

ইম্ফাল
২১-১-৮৫

# অদুবু ঐদি কপলি

ঙসিগী শেংলবা নুমিৎ
ওক্তোববগী তাং অনী
বাষ্ট্রপিতা মহাত্মা গান্ধীগী
মপোক নুমিৎ ।
লালবহাদুব শাস্ত্রীগী
মপোক নুমিৎ ।
হবাউ-তয়ামলি
লৈবাক শীনবা থুংনা ঙসি
পাঙথোক্লি থৌবম পবেং কয়া
পুল্লপ-পুল্লপ ময়াম ।
অদুবু ঐদি কপলি
ঐগী থম্মোয়দি কপলি নুংঙ্গিক্লনা ।।

খুঙ্গংশিংগী লৈবাক ভাবত ।
লৌমীশিংগী লৈবাক ভারত ।
মশক খঙগে হায়ববা ভাবতপু
খঙবা তাঁই মুন্না খুঙ্গংবু
মশক খঙবা তাবনি লৌমী-শিম্মীবু ।
লাউবি নেতা কযানা
লৈবাক্কী খুর্জি পায়বা লৈঙাকলোইশিংনা —
শেমগৎ-শাগৎসি খুঙ্গং
লূ-নালহনসি
কোকহনসি লায়না-তীন্না
খুঙ্গংনা থবায়নি ভাবতকী
ঈনসি বাপূগী ফিদম ।

অদুনা
পাওথোক্লি ঙসি
জাতিগী লমশেং তুশেংবা নুমিৎ
জাতিগী লু-নানবা নুমিৎ
শুপ্পগী ঙসিতমক।
মথম্মোযদি শুচনবা শুমজদ্রবা
লুহনগেযাও খনবা ঙমজদ্রবা
রাঙাং কামজাউ চনবা
যিঙৌ-যিজম শেৎপা নৈঙাকলোইশিং
চোংথোবক্লে ঙসিদি ওম্না
বাপূগী মাযখুম উপ্পুনা
তাৎকী পিবাং শীঞ্চদুনা
শাবদুনা অশেংবা মবৈবাক নীংবা।
কনা'মনা
খঙনীং নীংশিংলকই,
লাউবকই মঙফাওনবগুম —
জয় কিসান! জয় জবান!
পোক্লকপদগী ঙসি ফাওবদা
লৌমী-শিম্মীগী হুমাংমন মশক খঙদ্রবা
মথম্মোযদো মীনুংশি মচেৎ অমতা পোক্রবা
খঙনীং নীংশিংলকই ঙসিদি লৌমীবু,
লৌমী-শিম্মীশিংগী হুমাংমন্তনা নোযববা মবুক
নাল্লদুনা মখুৎনা তপ্পা-তপ্পা
পীবকই লৌমীশিংদা য়াইফ-পাউজেল
থাগৎলকই হন্না-হন্না —
কন্না নোম্মু, লাইবেক্কনু
হিংখো,
ঐখোযবুসু হিংহল্লু।
থাগৎলকই জবানশিংবুসু —

নখোয়তনি মমা নীংবা অথৌবা ।

নীংহন্নগনু ,

থনগনু মায় ওন্দুনা চেনগে

লৈ নখোয়গীদমক মনা মযাম —

পরম বীর চক্র ।

মহাবীর চক্র ।

নথরায় মাঙথ্রবসু কাইথুম্বা

খাকলি বিজার্ব অমমমদি নখোয়গীদমক ।

অদুবু ঐদি কপলি

ঐগী থম্মোয়দি কপলি নুংহক্লনা ।।

চনা চৌ উমং [illegible]

[illegible]

[illegible]

[illegible]

[illegible]

অদুনা

ঙসি কৌবা [illegible]

যাদবনি কয়া [illegible]

থাংগৎহৌদবা যাদবনা লৌমা শিগ্নীবু

সাশকহৌদবা যাদবনি মুঙ্গং লেমগৎনবা

অমাং অশেং, অচৌ-শিশক্তা রাখন

যাদবনি ঙসিতংদি থাদোকহৌদবা

ঙসিতংদি

ঙসিগী শেংলবা নুমিৎ আসদা ।

অদুবু ঐদি কপলি

ঐগী থম্মোয়দি কপলি নুংহক্লনা ।।

ইম্ফাল
২-১০-৮৫

## ঐগী ইম্ফাল

ঐ
ইম্ফালদা পোকপনি,
ঐগা ইম্ফালগগী মবক্তা
লৈ নক্লবা মবী' মা
তংন-থানবা য়াববোইদবা।
ঐ
ইম্ফালগীনি,
ইম্ফাল
ঐগীনি,
নুংশিজে ঐনা ইম্ফালবু।
চমজখ্রবা ইম্ফালনি ঐহাক্কী,
শাউবা হৈত্তবা ইম্ফালনি
মীনা খণ্ডবিবগীসু হৰাউদবা
খণ্ডবিদবগীসু নুংনাংদবা
মোত্তাই-শুদাইননা হিংজবা
নালানা লম্বীদগী হেন্না তোঙবা
ঈচুমতনা থুম্বা ইম্ফাল
মপুক ফত্ত্রবনি ওস্থোক্লা।

অকায়বা কোইলাস-লম্বীনা নৈতেংবা
মচী-মচীদা ঈশিং তূংবা
তোয়না মুৎকনবা ইলেক্ট্রিকী মশাইগোন
মীবা ঙাঙনগনবশিংগী য়াকবূং
শূনীংদবশিংগী ব্রাবেম ঙাঙফম
লমকেৎ-লমহাইবশিংগী চাযনপূং
মাই কৌবদা হায়দবা
ব্রাবৌ-পুক্লৌ হৈজ্জদবা
পৃক্তপ্পা ঐগী ইম্ফালনি।
মহাকপু
কবিদা শোযখিগদগে হায়দুনা
চেকশিন্না ঙাক-শেল্লিবা
নোংমৈ পাযবা শঙ্গু শঙ্গুনা
লোন্না অমদি ফোংনা,
মায়খুম উপ্পা হূবানবশিংগী
অকি-অশংনৈতবা মফম
অযুক-নুংথিন্দা মম্বা
নুমিদাংদা ঙানবা
লনদম অসে ইম্ফালনি,
ঐগী ইম্ফাল!
ঐনা চাউংথোকচবিবা ইম্ফাল!!
লমদমসিদা পোকচবা ঐ,
ঐগী পোকফম
ইম্ফাল!
ঐগী ইম্ফাল!

ইম্ফাল
২-৮-৮৬

# চন্দ্রকংনান

চন্দ্রকংনান
লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনান
লাইববা মচা চন্দ্রকংনান
বী. এ গী সার্তিফিকেৎ পাযববা চন্দ্রকংনান
অফবা ছাত্র ওইবকপা চন্দ্রকংনান
মবম ওকপা চন্দ্রকংনান
সঙ্গৈলেঙ্গদবা চন্দ্রকংনান
তাকুবদগী ব্রাগী
থিবা যংবা শুল্লবদি চুমথাঙগী মখোঙ
ফংগনি শেনগী চযৃ
লুপা-চযৃ
সনা-চযৃ
থিবা থোবকই চুমথাঙ মখোঙ।
থেংনৈ লিকং মান্না কোনবা চুমথাঙ
মচু তবেংবী চুমথাঙ,
চঙশিল্লি চুমথাঙ-মখোঙ মনাক্তা
হন্দোকখি চুমথাঙ-মখোঙদি অসুম অসুম,
মাঙদা উবদ্রবসু নত্তু,
ফংবা ওমন্দ চুমথাঙ-মখোঙ।
কান্নদে ফর্স্ট ডিভিজনগী সর্তিফিকেৎনা
কান্নদে অফবা ছাত্র ওইবকপনা
কান্নদে মবম ওকপা, হাযবা ইনবা ওইকুবনা
মথৌ তাদে কেবেক্তব সর্তিফিকেৎকী
সঙ্গৈলেঙ্গবদা
শেন যাওদ্রবদা॥

ইম্ফাল
১১-৩-৮৭

# মীওইবগী ৱাখন

মীওইবসে
জীবনি ৱাখন খনবা গুন্না।
খল্লি —
ওইজবগী
মিংচৎকী,
পুথোবকই খল্লগা মখন-মথেন
অঙকপা কয়া
অনৌবা কয়া
মিংচৎ ফংনবা
ওইজবা ফংনবা।
কবিগুন্না
থাদোকপা গুন্নবদি খনবা —
মশাগী
ওইজবগী
মিংচৎকী
কান্নবগী,
হায়নবমগনি —
লাইপোক্লি মীওইবগী মপোক
অদুবু
খনবা গুমদে মীওইবনা
ওইববসু ৱাখন খনবা গুন্না জীব
মশাগী
কান্নবগী-ওইজবগী
মিংচৎকী ৱাংমদা।

ইম্ফাল
২৭-৯-৮৭

## ওইববদি মঙলান

ঙনা ভৌবির্বাসিদু
থাক্তাসিবা থাজগুমসিবা ?
ঙই ঙনীংদবা ওাক্তা,
ওইদি ওইহনীংদবা ওাক্তা।
চীনগা বুংকা মাগ্নদবা
ঈনা মীরু তহংপা
অকনবনা অচুম্বা শকপা
হুবানবন মপু শাবা
ওহি ওয়ববা মশকসে
[illegible]নে থঙ্গেশেংনমক ?
[illegible]কহগা পুম্নমকসে
[illegible]নবই ঈ অসুম-অসুম
[illegible] উমদনা।
ওইববদি মঙলান পুম্নমকসে
[illegible] ফগবা।

ইম্ফাল
১০-২-৮৮

## চেঙ-বোরা

গোদাউন্দা
চীংদূম শানা পৈবিবা
মবুক তহি-তহি কংলবা
চেঙগী বোবা মঁপৈদুগী মমাঙদা
মফি হীকোম হীকোম্রবী
মমিৎনা নোকপী নুপীজা অমা
লেপলৈ তুমিন লক্লেগা,
মাগী মমাঙদুমক্তদা
লাক্লিবা মী খুদিংমক্তা
থিংজিল্লি যোংচৈদু থনুং যৌনা
বোবাশিংদুদা হন্না-হন্না
মীনুংশি খঙদ'মখে,
খল্লি অপাম-পামদ
হায ফজৈ-ফজদে,
মন্তিকনৈ।
উকবদা
নোকফেং তৌহ্ নুপীদু,
উবদা মানা নোকপা
হায়বকই চেঙ-বোবাশিংনা —
নোকউ শকহেনবী।
অর্থ খঙনা নোকপনি নহাক্তি।
নঙগুম্বনি ঐখোয়সু,
খল্লবিবসিনি অপাম-পামদ
সি ঙাক্তনি সংসাবসিদা,
কবিসু খেন্নদবনি
নঙগা ঐখোয়গা।

ইম্ফাল
৪-৩-৮৯

## বাকং

হায় শা মখৈনা
অমত্তা ওইবা খোল্লাউদা –
ইকাইবে ঐখোয় শা ওইবা
মুনবিগ্রে ঐখোযগী ইবমচং
তাইবঙ মীনা
থাদোক্রগা মখোযগী মবমচং
ইকাইবা খণ্ডদবদগী।

ইম্ফাল
১৭-৬-৮৯

## খুরমজে মিংনা উবা লাইবু

ঐ
থাজে লাইবু,
অদুবু
লাই নীংদে
লাই খুবমদে
মশকসু উবা ফংদবা
ভাবনা শাবা লাইদুদি,
থাজদে লৈবমগনি হায়বা।
শকউদবা লাইসিদি
চুম্লদা
পাদম লাক্লগা ব্রাখন্না
পুথোকপনি মূর্ত্তি ওইনা মূর্ত্তিকাবনা
য়েকপনি চিত্রকাবনা কেনভাসতা।

তশেংনা লৈ-লৈবম্মি
ফংদে প্রমাণ অমতা,
উবা ফংদে মশক অমুক্তসু;
অদুনা
খুবমদে লাই
মশক উবা ফংদবদু।
ঐনা লুনা নীংজবা
ঐনা তত্তনা খুবমজবদি
মিংনা উবা লাইশিংদুনি,
মিংনা শঙ-শঙ উবা ফংজবা
তৌনীংবতা তৌবা ওন্বা
অবতাব তৌরিবা হৌজিক-হৌজিক
শক্রোন কয়া হোংবা ওন্বা
ইফোং ফোংনা,
"লৈবাক অমদি সমাজগী চুপ্নী পায়বিবা
অবানববু চুমহনবা ওন্বা
অচুম্ববুসু লালহনবা ওন্বা
শক্তি পুম্নমক মঙোন্দা য়াওবিবা
অঙকপগী মশক ওইরবা
ইমিংসিনা উবা ওমজবা
মিংনা উবা লাইদুবু
খুবমজে হন্না হন্না
অযুক-নুংথিল-নুমিদাং
তুম্বা-হিপ্না, চাবা-থকপা
মতম পুম্বদা।

ইম্ফাল
৭-২-৯০

## হঙা মীকপ

মশা মতোমতগী সংসাব ওইববা
খূববা কা মচা
লেঙ-ওংফম লৈত্রবা মফম
মম্বনা শুক শুরবদুদা
লৈনীংলক্রদুনা নে তানা
থিরকই অঙানববু
হেন্না নুংঙাইহবনি খন্দুনা,
খোঙপাক্লা কাওবম্রগা লৈজবী থাদুনা
মমাগী গর্ভদুদা
থোবকই তাইবঙপান্দা।
হেক থোবকপদা
উই —
হাংন-শুনবা, য়েংথীনবা
তুহংপিবা, নৈহংপিবা, নমথবা
ওইদবা ঙাঙবা, বাবেম শূবা
হূবান-চিম্বী লোম্না-ফোংনা
লেইবা-খম্বা নাইদবমথে।
ওইবম্রবদা ওন্ন-তৈনবা ঙাক খল্লকপদুগী
কপখি নিঙমদনা— হঙা-হঙা!
থেম্বা য়াদনা।

ইম্ফাল
৩-৭-৯০

## মণি মতুম

মহাক্না
শিখিবদা শিক্ষম-নাক্ষম খণ্ডদনা
হায়খি পান্দম মান্নবশিংনা –
শহীদনি মহাক
অথৌ লিচা হেল্পনি
মহাক্না থাংলম্বা খোঙথাংদা
থাংজিনসি ঐখোয় পূম্বা।
হায়খি য়ানীংদবশিংনদি
মহাক লালহৌবনি,
লৈবাক-ঈরাং হৌহনবনি
মুথংকদবনি লালহৌ মক ফংনা।
মাবু পোকপী পলেমগী মফমদদি –
মহাক
শহীদসু নত্তে
লালহৌবসু নত্তে
শুপ্পতগী
মণি মতূম্মি থবাযগী।

ইম্ফাল
২৫-১০-৯০

## শ্রদ্ধাঞ্জলি

হে ইবৈপাক !
পোক্লকম লমদম নুংশিবী
চাউথোকচবনি নওগীদমক,
অথৌবা পোকপী নহাক্লি
নচা নাউয়োক হৈবীনি
মালেমদা তোমথিন ঙানবনি,
নপাবী নওগী অথৌবশিং
ইতিহাসকী লংলবা থবান্নি,
ধ্রুবতাবাগী মশক্লি !
অদুবু
লাইবক থীবনি হে ইমা !
ঙসিদি
নওগী তুংগী থবানশিং
ঙম্না মুৎশি-মুৎশিবে।
হায়নবম্না মতম অমদা
নওবু
নচা নাউয়োক হৈবীনি,

ঙসিদি

থোক্লবেদো নমায় ফিকক খুন্না
মীমাঙ ফন্না মতাং।
থাজববা নহাকপু
নোংমা অসুম ওইবকনি ?
থাঙশাং পায়বন্না মখুৎনা
দ্রগকী সিবিঞ্জ পায়বক্লবা,
য়েক্লবগী ঈখেং খৌবাংলন্না থবায়না
মশাগী ঈ চুপচববা,
নোংশাগুম মশোং ফল্লন্বনা
অকি-তুজুংলবা মমি উবদা,
চাওখৎপগী মমিংদা
নোংচুপকী শাজৎ-লীচৎনা
মশাগী মশকপু মাঙহল্লবা
কবম্লা ওইখি
থাজদবা শক্লোনসি ঙসি ?
নঙগী মোল্লবা নতম্বাক
ওইবে ঙসিদি
হবাউ-মথোই য়াকাবুং
মচীন-মনাউ হাৎনপুং
পেঞ্জরিদো মদুতদা।
ওহোকপনি,
মখোয়গী
পঙথরবা থবায়
ফমজিল্লবা ঈ
লেবোবেটোবিগী চাংয়েংদা ঙসিদি
মশক খঙবা ঙমদবে।
ওইদ্রে ঙসিদি মখোয় কনামতা —

গম্ভীরসিংহ
নবসিংহ
থাঙ্গাল
পাউনা
টিকেন্দ্র।
ওম্নমক্কী
মাঙখ্রে নীংশিংবগী শক্তি;
মখোয় লোইনা
তূম্লে ওসিদি মমিৎ পাঙনা-পাঙনা।
খঙদ্রে
কদৌঙে মীকপ থোক্কবা ?
কদৌঙে
অমুক্তং মীকপ থোক্কবা ?
ঐদি
ওইঙমদ্রে ইমা,
য়েংঙমদ্রে,
পীয়ু ইখুত্তা থাঙশাং অমতং,
পুম্নমক
মকক-মকক ককথত্তুনা
লংথগ্রগে অকাউবগী অমম্বা ঈবোনুংদা;
মকক ময়াম মবক্কুদা
য়াওববসু য়াওজগ্রসনু ইশামকসু।
ওইরসনু মদুতনা
ইজাতিসিবু কন্ননবা
মিৎচৎ-উরোং খিল্লগ্রবা
অথৌবশিংগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি।

ইম্ফাল
১৫-৪-৯১

## নীংখায়বক্রবা থোং নম্বোনবী

খাইবম্বন কৈথেনগী ময়ায়
নম্বুল তুবেনগী মথক্তা লেপ্লগা
চহী কয়াদগী
অচং-অওক কয়াগী কুমহে য়েংদুনা
লমদমসিগী খুনাম্বু ঙাক-শেল্লক্রিবা
অহন ওইববা থোং নম্বোনবী
নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা
অয়ো নাহে চনখি
শাগন নাম্মনা হিকথত্রবদা।

নৈবাক য়া লাউখি
শরা শনখি
হায়নখি —
উপদ্রবনি উপদ্রব ।
অঙম-অথৌ থুংলে
য়েংলে কবি-কবম তৌবিবনো ।
ইঞ্জিনিয়াব লাকই
নেতা লাকই
থিকাদাব য়াওবকই
চিবোন-চিবোন ঙাঙনৈ
মোং পীবকপা য়াওই —
ফবনি অনৌবা অমা শিন্দোকপনা
মতমগা চানববা ।
হাইফেৎ তাখিবদা
শাউবা য়াওই মতীং থোক্লা,
সামিয়ানা খল্লি
মীতিং তৌই
ধবনা তৌই
চবা হেল্লি
লাউই —
"মাঙহনবা য়াবোই ইপানাৎ-ইপুনাৎ,
শীদোকপা য়াবোই থোং নম্বোনবী ।"
তিংখং-তাবানা খাজিনখি
থমখি কৈশুমশঙদা থম্বগুম ,
অচৎ-অওক্লা য়েংনখি ।
মমৈথঙদা
য়েংনা-য়েংনা

উনা-উনা
অসুম কাউথোক্লখি তপ্পা-তপ্পা;
হৌজিক্তি
নোংমা-নোংমগী
পুংজা খুদিংগী
চেক অমমম কীহুখিবা
নশুলগী দৈচেন্দা লুপখিবা
কনানসু খণ্ডলুদ্রে,
খণ্ডগেসু তাল্লুদ্রে।
মন্ত্রী, ইঞ্জিনিয়াব, অওম-অথৌশিংগী গাড়ীশিং
ওল্লা থৈদুনা চৎনখ্রে ,
ইপানাৎ-ইপুনাৎ কনসি লাউবম্বশিংনা
খোঙনেৎনদুনা চৎলি মাগী মথক্তা,
অদুবু
হন্না য়েংলমদে,
য়েংগে খল্লুদ্রে।
থোং নম্বোনবী মাতনদি
মদোম
পুন্নমকপু য়েংলি,
য়েংদুনা লাক্লি।
মহাক্লা উই —
য়েংবগুম তৌবা মূনা-মূনা
মঙোন্দা
থাপ্লপ
থিকাদাব খবদি
মকাদি ফোংদনা।

ইম্ফাল
১৭-৫-৯১

# ইতিহাস ইগে হোৎনবা

কুইববনি
ইগে খল্লকপা
ইতিহাসকী লাইবিক অমতং
মীনা ইনদ্রিবা,
নীংজবনি
কখোকচগে ইবৈবাকী মফমদা।
থিকবে, নৈনকবে খণ্ডনীংনা
ইতিহাস হায়বসি করিনো,
যাওবম্মি
অমনবা চেনাশিংগী মবক্তা
চাউব-চাউববা নিংথৌবেনশিংগী
নীংথিনা শীংথাববা মতিক-মগুণ
থৌদোক-বাথোক কয়া,
শোক-তাবিখনা সাক্ষী পীবম্মি
অচুম্বনি খণ্ডননবা।
লালহৌ কয়া থোকখি,
লৈঙাকপগী কাণ্ডবুনা
লাউথোকখি দেশ-দ্রোহনি,
মায পাক্লবদা লালহৌবা কাণ্ডবুনা
শন্দোকই দেশ-ভক্তিনি,
লালহৌদুদা শিখ্রবশিংদা
কৎলি শ্রদ্ধাঞ্জলি শহীদনি হায়দুনা।।

খণ্ডলক্লবদা ইতিহাসকী মশক
লেপখি ঐগী পুক্লীংনা
শোয়দনা মইবগে হন্দক্তি

শোক-তাবিখকা লোয়ননা;
শীংথাসিগে কনাগী মতিক-মগুণ
খন্না খিকই কোযথি
ঐগী ইতিহাসকী হেবো
আলেকজেন্দর, অশোক, আকবর, ঔরঙ্গজেবকুম্বা' মা।
অঙকপা থৌদোক
অকনবা লান
য়াওহনগে খল্লি ঐগী ইতিহাসকী লাইরিক্তা।
লৈবে, থেংনবে --
মীয়াম্মা য়াববা
মীয়ামদা শাসন তৌবিবা
নিংথৌনি মহাক্তো লমদমসিগী,
মাগী ইতিহাস ইদনবু
কনাগীবু ইগদবা ?
মপা লৈতবনি ওইদবা ঙাঙবদা
মালহন্না ঙাঙবা হৈবনি
তৌথোবকপা পুম্নমক অওইবদা মানবনি,
লাম্না লৈতবনি চীনগী লান্দা
পলাসী, পানীপথকী লানফম
ব্রাটবলু, অনীশুবা লাল্লাউনা
হেনবা নত্তে কৈসু,
যাত্রা হুনবা, শঙ্গাবা, মীতিং, পার্টি
লৈতে থৌদোকী অব্রাংপা,
ঐনা খিগদবা হায়ববু
শোক-তাবিখ অদুতনি।
শোক-তাবিখসু লায়বক্মে,

হৌজিক লুবিবা হায়ববু
অশেংবমক ঙাক ইগদ্রা
পুকচেল শেংবা শাদুনা
নত্রগা
হবাউনবা ঐগী ইতিহাসকী হেবোনা
তৌগদ্রা ওইদবগী সুগব কোত্তিং।
মহাক অথৌবনি,
দেশ ভক্তনি
হায়বা ঙম্বগী থৌনা লৈববদি ঐঙোন্দা
ইথোকপা ঙম্রবদি ময়েক লানা
মানা পান্নিবা মাগী ইতিহাসতুমক
খণ্ডি ঐ
মনা-মথুম ফংগনি
মিংচৎ ফংগনি
ইকাই খুম্নগনি,
অদুবু
ঐনা নীংজবা
ঐনা ইবা ইতিহাসকী লাইবিক
ইবেবাক্কী মফমদা কখোকচবা হায়বদু
ঙম্রোইদৌবি পুকচেন শেংনা কৎপদি।
মসিনি ঐঙোন্দা লুবিবা,
মসিননি
ঐনা
ইবা ঙমদ্রিবা
ঙসি ফাওবা ইতিহাসকী লাইবিক।

ইম্ফাল
১২-৮-৯১

# অনৌবা চহীবু ওকপদা

ঘড়ীগী
সেকেণ্ড কাটাগী মখোন
তেক-তেক-তেক
অবেপ্পা লৈতনা,
মিনিট, পুংজা হৌখি,
নুমিৎ থা লানখিদুনা
ওইবকই চহী।
চৎখি অবিবা চহী,
লাকই অনৌবা চহী,
হৃবার্ডনে মীপূম খুদিংমক
অবি-অনৌ শিন্নবে কুমহৈদা।
হৃবাউ-তয়াম্মি নোক-খেদুনা।
চোংঙি-শকই, থীল্লি-য়ৈ
চায়, থকই, পেল্লোকই
খল্লি মসিনি পুন্সি,
কাউথোকই শিনি ঙহাক্তি।

নীংশিংলুদে কনানসু
অনৌবা চহীনা লাক্লিবর্মখে
নকশিল্লিবনি লমথুংফমদা অসুম
তেনশিল্লক্লিবনি পুন্সিসে অসুম-অসুম।
মকে শেম্লিঙে
মীয়া তাঙনবিঙে
পুন্সিগী থৌদাং কয়া
খুরক্তা অসুম নাহুখিবা
খণ্ডলবসু খণ্ডশিন্নদে কনানসু,
হোংনৈ পুম্নমক
কান্দুনা চংকে ওম্নমক,
থুনা য়ৌনীংঙি
কুম্মাথোইশুবা শতাব্দীদা।
মঙঙি মঙ
মবিন হোববা অনৌবা সভ্যতাগী,
কাউথোকই হৌজিকপু
হয়েংগী আশাদা,
কোয়লাম লাম্মি
মিং উইশিন্দুনা।
অদুগা
চোংঙি-শকই, থীলি-য়ৈ
চায়, থকই, শেম্লোকই
ওকই অনৌবা চহীবু তবাম্না
মশানা মশাবু কাউথোকচরগা —
বেলকম টু নিউ ইয়ার !
নয়া সাল মুবারক !

ইম্ফাল
৩১-১২-৯১

## হণ্ডোই চোংবা

নোং চুই
ঈনোং লাকই, ঈথক হৌই
ঙারোয় কায়
হণ্ডোই চোংঙি।
মশীং ঙী অউবনা,
হায় অমনা অমদা —
ঐগীনা য়াম্মে, ঐগীনা য়াম্মে।
ঙাবোয়দগী থাক্তোরকপা অরংবা মশেক্তা
মমিং থকই হণ্ডোই;
খাদা চোংঙি, বাংদা চোংঙি
নোংপোক্তা চোংঙি, নোংচুপ্তা চোংঙি
থক্তা চোংঙি, খাদা চোংঙি
পঙচোংদা চোংঙি পল্লেপফম লৈত;
চোং-চোংদুনা শান্নবনা

মশিঙাংনি হঙোইগী
মনাংনি মপোক্কী,
চোংঙি ফন-ফন
ঙাবোয়গী অবংবা মশেক য়েংদুনা।
চোংবর্মথে চোংলুবগা
তাশিনখি খঙহৌদনা
লুজাউ অমগী মনুংদা,
য়াদে লেঙবা
পুঁথে লেঙল-লেঙলগা,
ফাজিনবা হেল্লি
চোংগে তৌব-তৌবগা।
খল্লি হঙোইশিং
কবিনুংগী চোংলুবা
চেঙোং-মাঙোং ময়ামদো,
তাইনৈ মখোয় মশেন
থঙজিন্নে মবান মথং-মথং
কবি থোক্লে হৌজিক্তি
সিদা থোকনি হায়ববু
নাদা হাপ্পা লৈতেদো
হায় অসুম্মা অমনা অমদা।
মমৈ ফৎ-ফৎ খৎলগা
ঙাবোয়না নোকই মোমোন,
মমিৎ তুকথে হঙোই
তকশী শোল্লি নুংঙইতনা
পেবেৎ মচা নাহোকখ্রবা
হৌদোং লম্বোইবগী মতৌগুম।

ইম্ফাল
১৪-১-৯২

## মরম অমদি নৈবনি

ঙসি
লাকই থাজদনা ব্রাহং খবা
ঐখোয়গী মাঙদা
মতম্না পুবকপা –
মহাভাবতকী ব্রাবীদা
সতীনি হায়নবা দ্রৌপদীদুগী
মফি কবিগী মুনখি
তিল্লিবা সভাদুগী মাঙদা ?
কল্লি হায়বিবা বাবণ
শিবা নাইদবা বব ফংলবা
কবিগী তুখি লানফমদা ?
মৈদিংভু চবাইবোংবা
নোংমৈ-শীংজওগী চৈনা'লক্তা
কবিগী ফংখি
মপাবীগী তাজীনগী থৌগন ?
হি ঈশম চাইবনা
থাদোক্লুনা হিয়াংথাংগী হিদেন
কবিগী চেনখি লোক্তাক ঈরোল্লুংদা ?

চীংঙু খোংনাং থাবা
লাঙ্গোন লুখোইনচিংবা
লাইওইববা মায়চৌ মখৈ
কবম্না থুপখি ?
কবিগী থুপখি ?
খুৎকন-পাঙ্গন্না লৈবম্না মৈতৈনা
মায়থীদুনা অৱা খুজোক'মগী মখুত্তা
কবিগী লাঞ্জেনখি চহী তবেৎ
শেম্বী ময়াং লৈবাক্তা ?
পোকপদা ঙায়বিবা অঙাংনা
শান্নপোৎ পাযবগী মহুত্তা
কবিগী পাযবিবা মখুত্তা নোংমৈ ?
নৌনা শাবেপ ফাবক্লিবা নহাবোন
মহৈ-মশিং অম্রগা
মমান্নবা মবক তিনবগী মহুত্তা
কবিগী লৈবিবা মীবোৎ ওইনা ?
ঐখোযগী মীহুৎ ঐখোযনা থাগৎচবা
মখোযনা শাসন তৌরগী মহুত্তা
দিল্লীগী মীহুৎনা
কবিগী পায়খি শাসনগী চুপ্লী ?
ইমাঙদা খাল্লিবা শকয়েং মিংশেন্দ্রা
ইশাগী ইশক উবা ফংজদবা
কবিগী উদবা ?
পুম্নমকী —

মবম অমদি লৈবনি।

মবম অমদি লৈবনি॥

ইম্ফাল
২৮-১-৯২

## উংকী মপৈ

মখন-মখা কয়াগী
শা-কৈতনা থল্লবা
মপান নাইদ্রবা
শাক-চাউববা উমংসে
পিকশিল্লক্লি নোংমা-নোংমগী
অসুম-অসুম
অসুম-অসুম।
উমংসিদা লৈবা শাশিংগী মশানা
চাউবা হেনগৎলক্লি
নোংমা নোংমগী
থিংবা ঙমদ্রবা ঈচাউগুম।
মশা চাউবগী মতিক
হেনগৎলকই নাপনসু
অথোইননা মথোয় মশেন।
ইখঙ খঙহৌদনা
নাপন নমথবা ঙমদ্রবা
ঈ খেরবা কৈশাল অমনা
হৌরকই তুহত্তুনা শারাক তবা

মনাক নকপদা লৈবা অপিকপা শাশিংবু,
মঁবে হা-হা তমদুনা
য়েংলকই মায়কে মবিদা।
মনাক্তা কুমঁহে য়েংলম্বা লমহূই
মঁমে মক্রাগু লোন
চেনখি নোংশাগী মনাক্তা,
ব্রাকৎলুই কৈশালগী মায়য়োক্তা।
মবুক্তা ব্রাবৌই নোংশা
খল্লি উশিংমন্দে
মিপাই নিংথৌ খুভম মুনখিগদ্রা
ব্রাবকহৌগে খল্লি
কৌশিল্লি অঙম-অথৌ
মীচঙ খোম্মি
ব্রার্নিং পী কৈশালদা।
ঈ খেববা কৈশাল
নাচুংদে,
মশোং ফল্লি।
শা-নিংথৌ নোংশাবেন
হায়ঙম-তৌঙম খঙদ
মখোযদৌ থিংলি,
মকপ-মপীজাগা লোয়ননা
শবউ লানবাউ লাউবদুনা
চেনশিল্লকই কৈশাল ভম্না।
নাচুংদবা কৈশাল
থবাক লোংনা য়াই
থেঙ্গাইনে, য়ৈখাযনে
উফুন হৌই, মৈ হৌই
মৈবী থোক্লা চক্রেকই উমং।

মবোন থোক্রবা, চেনবা গুমদ্রবা
উমংগী উপান-ৱাপান
খাওবা গুপ্রক্রবদা মৈশা
চাকথেক্রক্রবদা মশা-মবেং
শাপ তৌবকই —
শিত্রসনু মখোয় গুম্নমক
পূমতুম তুম্না,
পূম্মুং মুংত্রসনু
কাউত্রসনু মখোয় লৈবম্মি হায়বা।
অদুগা
নুংশা থীনা খঞ্জে —
মৈচাকখাক অসিদগী
চোংখংলকপা গুমখিগদ্রা
অনৌবা মনা অমতং ?
কবিগুম্বা চোংখংলক্রবা
ফংজগদ্রা হাই-হুমজবা
অশেংবা নুংশিত্তা
অহাওবা মালংদা ?
অদুবু —
খঞ্জবদনি,
চাক্রি মৈবীদি ড্রুং-ড্রুং
নোংশাসু হন্দে
কৈশালসু হন্দে
উপান-ৱাপান্না
ওল্লক্রি উংকী মপৈ অসুম-অসুম
অসুম-অসুম।

ইশ্বাল
১৪-২-৯২

# নুপী

থাবুম তবা নাউপুদুনা
ঐবু তাইবঙ ফাওহল্লকপা
চাউদম শাবেপ ফানবা
ঐবু নাউয়োকপিবকপা
মহাক অদো নুপীনি।

অদুবু —
থোবক্কি বাহং
মহাক কনানো ?

নীপাগী ওকশমদা
কুন্দো পরেং হক্কগা
পুন্সি খোঙলোয় ওইখিবী
অৱা-অনা কয়াদা
থৌদাং য়ামিন্নরিবী
মহাক অদো নুপীনি।

কবিগীনো মহাক্না
শক্রোন অসি লৌকবা ?
সৃষ্টিগী থৌদাংনি খনবনরা ?
নীপাগী মপান তাংলিববা ?

লৈত-লাইর কোক্লবা
ইমুং-মনুং থাক্লবা
লৌবুক্তা লৌ কৃপ্লিবী
পান্তা গুবু ফাবিবী
চীংদা শীংবু চল্লিবী
মবাইবক থীববী কনাগুম্বী
মহাক অদো নুপীনি।
মহাকপু
অখাঙ কনবীনি হায়গদ্রা ?
মথৌ খঙবীবু কৌগদ্রা ?

ওক্তবা মরূাগী চৈক্ফু খাওদুনা
লমহেনবা মচাগী খবচ হুন্নবা
নোংজু-নুংশা থিদনা
বানা হাক্তিবা শৃবিবী
লম্বীগী নাকন্দা
পেট্রোল, দিজেল, কেরোসিন য়োল্লিবী
কেয়াব প্রাইস শোপকী মমাঙদা
চীনীগীদমক পবেং লেপ্লিবী
অয়েন-চেঙ খবগীদমক নুংশাদা কৌরিবী
মহাক অদো নুপীনি।
মহাক্কী পুন্সিসি
ওইরিগদ্রা পামজবা মপোক ?

অনাবা মপুবোইবগী
ইদাক লৈবা ওম্লবা
চাবাম-চদংনববা মচাগী
মপুক থলহনবা ওম্লবা
ফত্তে খঙনা খঙশিন্নদা
থম্মোইদা খুদুম শুদুনা
মশাবু যোপ্লোক্লিবী
মহাক অদো নুপীনি।

মহাক্কী থম্মোইগী যাম্নাখোন
তাবা ফংলবগে কনানা ?
তাবগনা
ওমগনি কবি তৌবিবা মহাক্কীদমক ?

চহী মতাং চাদনা
ইকাই-ইকি ৱাংমা লান্দুনা
লল্লোন-ইতিক চংলিবী
কৈথেনগী চিথেক্তা ফমদুনা
নোংমগী খবদংদি খল্লিবী
কেনা-নাম্না লাক্লিবী
মগুং-মমান্নবী উবদা
মমায় লুকক্লদুনা
পুন্সিগী অখাবা মহাউবু তংলিবী
মহাক অদো নুপীনি।

অশেংনমক
মহাক্না ফংলিবা পুন্সিগী মহাউ
অশেংবা মহাউবা ?

হেদো-হেন্না থাং
ফিজেৎ তোয়না হোং
মকে তোয়না শেম
সমাজ লৈবি কাউথোক্লুনা
লমলানবা কয়া কয়াগা
অহিং কয়া য়াবেকমিন্নখিবী
মহাক অদো নুপীনি।
সিবু
শীংনবিববা মহাক্না সমাজদা ?

ৱাচৎ-ৱানোম তৌবিবী
ওফিস খুদিং থুংলিবী
মোমোন মীনোক্কী লাং থাক্লুনা
ওফিসাবগী থম্মোই শুমহৎলিবী
মীগী নীপা মুল্লগা
মাগী থম্মোই পেঞ্জবিবী
মহাক অদো নুপীনি।
কবিনো মাগী শায়োনসি
মুন্না খণ্ডবা গুন্নবা ?
পেন্দবা কবি লৈদুনা
লমন খুন্নিববা মাগী মতৌসিবু ?

তন্দনগুম কুপফেৎ-কাফেৎ
কৈথেনগী গলীদা লিফৎ-লিফৎ
মশাবু মন্তিক্লবগা
মবোমদোম য়োম্থোকচরিবী
মহাক অদো নুপীনি।

হৎসি মঙোন্দা
তৌগে খন্নবু তৌববা ?
মহাক্কী
করিনো পুন্সি-পান্দম ?

শাহিং চাবা শক্তম লৌ
মীনুংশি মচেৎ 'মফাও পক্কনা
ইন্দ্রিগী খৌবাংবা কোক্লবা
ওমজবা শক্তি শীজিন্নদুনা
শাবাক তম্বিগ্রবী লাইবক চাউবী
মহাক অদো নুপীনি।
মাগী নুংহিক্লবা মপাউখোন
তাবা ফংলববা
নীপাগী অশেংবা থম্মোইনা ?

রাথোক-লাহোক কয়াগী
হৌবকফম্ন ওইহিবা
রামায়ণ-মহাভারত-ইল্লিয়দ
পোকহনবা ওন্বা শক্তি
শক্তিদুগী হৌবকফম
মহাক অদো নুপীনি।
কবিগী মরমদগী
মকা ফোংলকখিবনো শক্তিদু
ইতিহাসকী লামায়দা মথং-মথং ?

পোন্দা য়োকপা পোম্বীনা
পোম্নুংদগী নাহোকপা পাম্নগুম
চাকখুম-কাদগী লিংথোক্কনা

নীপাগী খুদুমদগী নাম্বোক্তুনা
মান্নবা অধিকাব ফংনবা
খুদুম শীংদুনা থোবক্লিবী
মহাক অদো নুপীনি।
ফংবা ঙম্নবয়া মহাক্কা
মান্নবা অধিকাব হায়বদো ?
ফংলবদি অধিকাবদু
ঙম্নববা ঙাকচবা মশানা ?
লেপ্পা ঙম্নববা মবোমদোম
মনীং তম্মা মহাক্তো ?

হে নুপী। নুপী।! নুপী।!।
অহৌবসু নুপী
লোইশিনবসু নুপী
ভূত-ভবিষ্য-বর্ত্তমাননি,
খ্বাইদগী ওকপা শক্তিনি।
নুপী মহাকসে
ব্রাহ্মং কয়াগী মৈবিক
ওন্দুনা থম্লিবা মৈগী চীংনি,
অতূম্বা মৈগী চীংনি।
ব্রাহ্মং কয়াগী
মৈগী চীংনা কোয়শিনম্লবা
নাপীগী মকাদুসু নুপীনি।
সমাজবু শীংনবিবা শক্তিনি।
নুপী —
নুপীনি নুপী।

ইম্ফাল
৩০-৫ ৯২

## খ্বাইরম্বন কৈথেন

মৈদিংঙু কয়াগী হাক্তঙগী
লৈবক্নবা কৈথেল্লি,
নাগ-নম্বুলগী নাকন্দা
খ্বাই কৌবা লমদমগী
ঙমখৈ-পনবু ওইবিবা
সনা কৈথেল্লি খ্বাইবম্বন।
নুপী কৈথেন
নীপা কৈথেন
ফৈদাপুংগী কৈথেন অচৌবা
অপূনবা শক্তম্মি সনা কৈথেনগী,
নুপী কৈথেনগী পোদোনগী তেংগালী
মতমদুগী লৈতেংনি।

ঙসিনা
মুংকদবগী থৌরাঙ তৌদুনা
নুমিদাংবাইবমগী মতম্ ঙইহিবিবা
ইলেক্ট্রিক্রা লৈতেংলবা কৈথেল্লি;
থাঙ্গাল বাজার
পাউনা বাজার
বীর টেকেন্দ্রজীৎ রোড
গান্ধী এভিনীউ
মপুং ওইবা শক্তম্নি ঙসিগী।
য়োল্লি মফমসিদা
মখল খুদিংগী পোৎশকশিং,
লৈনীংবদা লৈবা ফংগনি।
নুংথিন পোবোল্লদা
নোংমৈ-চীন্দোন উৎলগা
খাকী শেংপা ময়াম পরেং-পরেং
চৎলিবা মফমসিদা
ইশাগী ইজ্জৎ নত্তনা
লৈবা ফংগনি অতোপ্পগী ইজ্জৎ।
য়োনগে হায়রবদি ইশাগী ইজ্জৎ
য়োনফম লৈগনি মফম অসিদা,
লৈবিনবা য়াম্না লৈ
শেণ্ডাউ পায়রবা কয়া-কয়া
জাৎ-বিজাৎ খায়দনা,
মফমসে কৈথেল্লি
কৈথেন্দবু অরাংপা লৈবরা ?
মীয়াম তিনফম্নি,
শূনফম্নি
মায়কৈ খুদিংদগী লাকপা মীয়ামগী।

নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা
যা-যা বা-বা
মীনিনগী ঈবাউখোন মবক্তা
লৈবা য়োনবগী কাববার তৌবিবা মফমসে
পুমচিক চিকই
খুত্তাক লানশিবগী মতৌগুম
নুমিদাং হেক ওইরকপদা ।
মফমসিদা
অনম কল্লিবদি
ময়াই কাও শুকয়া য়াদ্রবা
অতেবা শামু অমখক
ইকাইবা খঙদবমখে
, ফাগনি হায়দুনা খোরক্লিবা
ভাগ্যচন্দ্রগী মূর্ত্তিসিনি;
কনানা মাবু খৌশাবিবিবগে ?
হন্না ফাওবসু য়েংবিদে,
মমায়দা পোষ্টর নপশিনবিরফাও
ইকাইবা খঙদবগী হৌনবা
হোয়-মাই হায়দ'মখে
প্রোটেষ্ট শুকতৌ তৌদনা
লেপ্তুনা অসুম মবেবি।
নাগ তুয়েনগী আইদেন্টিটি মাঙত্রবদা
নুংশা থীরবা নমুল তুবেক্তদি
প্রোটেষ্ট তৌই মরক-মরক্তা
খেংজিল্লদুনা লৈরাইদা গোং-গোং,
তত্তনা হৌই খোং নম্বোনবীদা
হায় –
"ঐখোয় অনীবু কমদৌসিগে

থাগ্না চেলহৌরসিবা ?"
থোং নম্বোনবী
খুমদে,
কৈথেনসিগা
কুমজা কয়াদগী লৈনরকপা মরী
ভমদবদগী পাক থদংনবা
খাঙলি শাগন নাম্মা হিক্কথবর্মখে।
নোংমা-নোংমগী
চেক্লুম শৌবগুম শৌগংলক্লিবা
মথোন নাইবা দুকানশিংগী মবক্তা
খাংপোক মচা অমতংগী মফম
ফংবা ভমদ্রবা কৈথেন লাইবেম্বীগী
অফুনবা চবমদগী লাউবকপা খোল্লাউ —
"য়েলহৌঙেদগী লৈবক্লবা ঐনি,
খাকউ ঐগী মংফমতদি।"
খ্বাইবম্বন কৈথেনগী অমোংপা নালাদা
প্লাষ্টিকী খাউদা চেংনা য়েত্রগা
লুপ্লি-লুপ্লি তাউহৌই।
ম্যুনিসিপালিটিগী অমোংপা শেংবা কাওবুনা
কোংখংলগা খোল্লাউগী ময়োমদু
পুখি গাড়ীদা হাপ্তুনা
য়াম্না থাপ্না, শহবগী খাংমদা
শহবসিগী খাংমদা
কৈথেন্দগী তাম্না
খ্বাইবম্বন কৈথেন্দগী থাপ্না।

ইম্ফাল
১১-৬-৯২

# নুমিত্তুনা লাকপদা

লাকখি নুমিত্তু থাজদনা

শুকথা থাজদনা

ওইহল্লিবা মতম কুইনদগী।

থাজবা শুম্লদে,

হংনে অমগা অমগা!

কনফার্ম তৌনে

তৌনে পাউ হন্না-হন্না

হিন্দীগী অমুক, ইংলিসকী অমুক।

আকাশবাণীগীসু, দূরদর্শনগীসু।

হৱাউনে শোয়দ্রে খঙলবদা

থোক্লবকই লম্বীদা

মবী-মবী মথং-মথং

ককচেং শঙ্গু-শঙ্গুত্তম

পাইথাবকপগুম মুকখ্রুবীনা।

খঙকাউ কাউখি ঙাইরকপদা য়াখিবা,
হয়াউ-তয়াম্মি লাউ-খোংদুনা
শকুংনরকই-খোংগংনরকই
হিন্দী ফিল্মগী ঈশৈশিং
কনা শাই মৈবাগী জগোই
কনানা লাউই - নুংঙাইরে, য়াইফবে;
ঙম্নমক
হয়াউই- তয়াম্মি লৈজবী থাদুনা
নুংঙাইবদা
লাম্থোকপা য়াওই নুংঙাইবগী ঙমখৈ;
লাঞ্জসনু,
নুংঙাইজবনি মানা-মানা থোকপা।
নুংঙাইগদবনি
নুংঙাইনবা লাকপা নুমিৎনি
নুমিৎসিদবু ঙাইরকপনি
চাব-থকপা চঙদবর্মখৈ
ঈংব-শাব-চোংপা খঙদবর্মখৈ।
তাখি নোংসু মরিক-মরিক নুমিৎসিদা
তিন্নখি হয়াউদুনা চোংবগী হমাংগা;
ঈনোং হাপখি
নুংঙাইর্নখি
হয়াউনখি, তয়াম্নখি
হয়েংগীদমক
হয়েং কবি ওইগনি শুকখঙ খঙদনা
নোঙৌবীনা নোংমদোন লাইজ ঙাইবগুম
ঙাইবক্লিবা নুমিত্তুনা লাকপদা।

ইম্ফাল
২১-৮-৯২

# রামরাজ্য

হে বাম !
হায়নৈ নঙবু
মর্যাদা পুরুষোত্তম
বাশক চেৎপা, অচুম্বা চৎপগী
ওইজবা থাদোকপগী ।
মদুমক্লা
মঙ মঙজবদি বাপূনা
বামবাজ্যগী মপূং ফাবা শক্তম 'মা
লমদমসিদা শেমগৎপা ।
মন্দির-মসজিদ থুগায়বা
মীনা মীবু হাৎপা
লাউবা কনবনা অচুম্বা শকপা
ওইজ 'থিবনা মাঙওইনবা
লৈতাদবা পুন্সি মহিং
মসিনিকো বামবাজ্য
বাপূনা তত্তনা শোঞ্জরম্বা,
অবোইবা মীকুপ ফাওবদা —
"হে বাম !"

গুবাহাটি
২০-১২-৯২

## নাপী মকা

ফজনা তগং-তগং তেক্লা
মনীংতম্না হৌবিবা নাপী মকাদু
নেংথংখি খোঙপাক্লুনা।
য়াম্না বানা চিন্না
লিংখৎনবা হোৎনজে নাপী মকা
খোঙপাক্লুগী নাকচেপ্তা
ফৈবগ্না।

অমুকসু নেৎথৎপি;
হন্না হোৎনঁজে হৌগৎলক্লবা,
নেৎথৎপি হন্না-হন্না
মবেঙ-মবেঙ চৎলক্লবদা মখুয়াদু
থদৎলি নাপী মকাদু,
চোংবৎলকই নাপী মকা নৌনা অমুক,
পৎ থদৎলি অমুক।
চোংখৎলকই অমুক
থদৎলি অমুক।
চোংখৎলি
থদৎলি
চোংখৎলি
থদৎলি
চোংখৎলি
খল্লি মঁমৈথঙদা
মক ফুক্তৎকে।
অদুবু
থৌনাদি লৈখিদে মকদু ফুক্তৎপগী ;
খোইশাউননা চৎখি
খোঙপাক্লনা শ্রু-শ্রু নৈখায়বগ্রগা।
অমুক হৌগৎচবকই নাপী মকাদু
মনীং তম্না
মকা লাম্না
তপ্পা-তপ্পা।

গুবাহাটি
২৩-১২-৯২

## য়ুবী পান্বী অমসুং নীপা

নীপা অমনা
থাই য়ুবী পান্বী অমথক
মহাক্কী ময়ূমদুগী মনাক্তা
য়াম্না পামজনা।
ঈশিং চাই
মখোঙ শোম্মি;
চাউখৎলকই য়ুবী পান্বী
নোংমা নোংমগী
অসুম-অসুম
তপ্পা-তপ্পা।

মপুক্রীং মকা লাশ্মি নীপাদু
মুবীগী মনানা
নুংশিংবী দিশোমদা
হাইনা-হয়া শান্নবা উয়গা
মোমোন নোকচে খোয়দানা।
মুবী পাম্বী
চাউখংলকই, বাংখংলকই
অতিয়া তম্না অসুম-অসুম;
নৈহৌহ্ শিনক শিক্লা
মুম মচাদু
মুবী পাম্বীদুগী মখাদা।

তনশী শীদোকই মুম মচাদু
শাগংলি চেক্কী দলান
হাপকংলি মথোন মখং-মখং
অমগী মখংদা অমা
অমগী মখংদা অমা
মখং-মখং
অতিয়াগা শম্নবমখৈ;
নৈহৌহ্ শিক্লা মখাদা
মুবী পাম্বীদু।
নীপাদু
দলান্দুগী মথক ইখং খংবা মখোন্দগী
যেংথক্কুগা মখাদা
নোকই মোমোন
য়াম্না চীং-লেম্না।

গুৱাহাটি
২৪-১২-৯২

## অহাঙবা খুৎ

ঐগী অহাঙবা খুৎসে
পকচগদগে কবি পায়রগা ?
চে-কলম পায়সিরা
য়োৎপাক-লাজোনবু কোনসিবা
কোকথোং পোল্লাংবু শেন্নসিরা
থাঙ-নোংমৈবু পায়সিবা
কবম্বনা পকচগদগে ঐগী খুৎসিদা ?
পেন্দবনা মৈগী চীংগুম ওল্লবা
থেমজিনবা য়াম্লবা পুক্লীংনদি
হায়বি হন্না-হন্না –
মতমসিগী তঙাইফদবদুমক
পকচগনি হেন্না নঙগী খুত্তুদা।

ইম্ফাল
৫-২-৯৩

## মী মানবা জীব

তাইবঙ-মীসিব্
জীবনো কবম্বা মখনগী '?
শা-উচেক, তীন-কাঙ
লৈ পৃম্নমকসিগী অবেপ্পা মবমচং
থাদোক্তে কৈদৌনুংদা
লোযনরকপা মগুণ লৈশেমঙৈদগী,
তাকই মদুনা মখোয়গী মশক
শানি
ঙানি
উচেক্কি
তীন্নি-কাঙনি।
তাইবঙ-মীগীদি
লৈতবনা অবেপ্পা মরমচং
তাকপা ঙমদে মশক
খঞ্জববসু মশানদি
খ্বাইদগী অখোইবনি জীব 'লক্তগী।
হৌজিক
খ্বাইদগী লুরিবদি
মীনা মী ওইবক্তবসিনি,
থাদোক্নুনা মীনা মীবমচং
মাঙওইনবকপসিদা শাবমচং
লুবে মীগী মশক তাকপা।
শাগী শাবমচত্তি
পৃক্তীদমক্কি মপুন্সি হিংনবা,

শাবমচং মাঙওইনবদি তাইবঙ-মীনা

শান্নবনি শান্নপোংকুম খন্না পুন্সিবু,

মমন লৈহৌন্দবনি

তাকচবনি খেন্নদে শাগা।

ধর্ম্মগী মিংদা

জাতিগী মিংযেংদা

হাংনা-শুনবনা, য়েংথীনবনা

তাঋপা তাবক্রবা মশক তাইবঙ-মীগী

খুদম্মি লৈখা তাবকপগী,

পুথবকপনি কাখংপা ঙমদবা লৈখোমগী ঈপাক্রা

নোংমা-নোংমগী অসুম-অসুম।

মীওইবগী রাখন্না

হেল্লকপগা লোয়নন্না পাকথোক-চাউথোবকপা

পিকশিল্লক্লি থম্মোয়দি অসুম

পুংজা খুদিং, মীকুপ খুদিং,

মঁঘৈথঙদদি

মাঙখিবা য়াই থম্মোয হায়বা পোংশকসি,

মতমদুদা

মীওইবসিবু লৈখিগদ্রা মী ওইনা অসুম ?

কৌখিগদ্রা অসুম তাইবঙ-মী

ওইবকপা য়াই নোংমদি

শাদগীসু হেন্না তমথীববা মী

মী মানবা জীব মখন অমা

মী মানবা

মীগী থম্মোয়দি পান্দবা।

ইম্ফাল
৬-৫-৯৩

# নারবা মালেম

হে মীওইবা!
নঙগী কোক্লা
চাওখৎলকপগী মতিক অসুম-অসুম
নঙগী শীংনবদা
নঙগী চাংয়েংদা
নঙনা ননীং তৌবদা
হৌজিক - হৌজিক্কী
নঙগী ওইজবা তানবদা
শাইদাংফম ওইবিবা নহাক্কী
অমত্তা ভায়ববা মালেমসে
নাবে,
সনা হকচাং ঈবে।
পুন্নবা মশাদগী
শন্দোবকপা নমথিবা মনম্মা
ওইবদুনা হূগী মশক
কুপস্রে পূমকুপ
নাক-য়েং অকোয়বা;
শেংস্রে নুংশিং
বাংলক্লে ওক্সিজেনগী চাং
মোংলে ঈশিং
লৈরক্তবে থক্লীংভাই অকবা
শিরক্লে মথং-মথং গী কয়া
হেনগৎলক্লে মৈশাগী চাং
বানরে হিংবা থবায় পূম্বা
মাঙশিন্নক্লে লৈহাউ
হৌবা ওগ্রক্তরে উপান-বাপান
তূরক্লে বোম-বোম
লৈবক্তবে উমং-বামং
হুরক্লে উ-বাগী মশীং

নীংখায়বক্নে চীং কয়া
মুৎশিল্লক্নে জীব মখন কয়া
প্রকৃতিগী মপান তাংলম্বশিং,
শৌদোবক্নে উনপাক কয়া
ব্বাংখৎলক্নে সমুদ্রগী ঈমায়
লুপথবক্নে লৈমায় কয়া ঈবোন্নুংদা;
হ্যামচৎনবে থব্বায়,
ঙায়বক্নে হিংলি হায়বতা
জীব কয়া-কয়াসে
মীওইবা নঙ নশামকসু।
খল্লবোইদ্রা
মালেমসিবু কন্ননবা ?
হোংনববোইদ্রা
নশাগী অমুক্তং খন্দুনা
নশাবু কন্ননবা ?
তৌবা ঙম্বা শক্তিগী নাপন্দা
কাউথোকচবব্রা নশানা নশাবু ?
অসুম মথোই কাবি'খৈ
নঙগী নাপন্না
মাঙশিল্লক্নে মালেমসিদি
ওইগদৌবে খুৎ থাববা অনাবা
লায়েংবদা ব্বাববা।
খম্বুবরোইদ্রা অমুক্তং
নশাগীদমক খন্দুনা
মালেমসিবু কন্ননবা
অমতা ঙায়বা নঙগী
নাববা মালেমসিবু
কন্ননবা ?

ইম্ফাল
৫-৬-৯৩
(মালেমগী ইনভাইরোনমেন্ট নুমিৎ

## জয় জগন্নাথ

জয় জগন্নাথ !
জয় জগতকী মপু !
কুমসি চহীগী
গোশ্চিচাগী খোঙচংকী
শেংলবা নুমিৎ অসিদা
ভক্ত কোটি কয়াদা
খিকপিরম্মু থৌজানগী ঈবিক।
পাক্লবা মালেম লৈমায়সে
লীলা-ফম্বাক্নি ইবুংঙো নহাক্কী,
তৌ-তৌ হায়বদু নহাক্না
তৌজবতনি ভক্তশিংদি
হূরানবসু নঙনা হূহনবনি
ওইদবসু নহাক্না ঙাওহনবনি
হাৎনহনবনি মী মশেনসু নহাক্না ;
শেঙ্গা-থুমজা, বাচৎ-বানোম
লীচৎ-শাজৎ ওক্তবগী
নয়াথৎ ঙাকপনি ওঙ্গমক,

ওইহনবনি নিংথৌসু নহাক্লা
শেম্বনি লাইববা-চাক্লিবসু নহাক্লা,
পূণ্যসু নহাক্লা পীবিবনি
পাপসু নহাক্কী খুদোন্নি।
নঙনা শেম্না তাইবঙপান্দা
থোক্লি-ওইবিবা পুম্নমক
নঙগী থৌশিন ঙাক্তনি,
ভক্ত কোটি কয়াসে
হংগী মূর্ত্তি ঙাক্তনি
হংলী চিংলিবদি নহাক্লি
নঙনা চিংবা খুৎচিংদা
নোকউ নোকপনি
কপ্পু কপ্পনি
ফম্মু ফম্বনি
লেপ্পু লেপ্পনি ,
কোয়বাউনবা নঙগী মিংম্লানা
লোইনা উবা ঙাক্তনি,
নহাক্লি
খঙদবা-উদবা লৈতবা।
ঙসিগী শেংলবা নুমিত্তা
খিকপিবম্মু থৌজানগী ঈবিক
ভক্তশিংগী মনীং থুংজনবা
নঙগী লীলা নুংঙাইনবা
জয় জগন্নাথ!
জয় জগতকী মপু!

ইম্ফাল
২১-৬-৯৩
(রথ যাত্রা নুমিৎ

## নোং-নুংশিং

কুনশুবা চহী-চাসিগী
অবোইবা তংখায়-তাংকক্তা
মমাবু মশক খণ্ডগে থিবকপগী
মবোমদোম মখোঙনা লেপচনীংবগী
ঈরায়-ইনিনগা ঈবোয়ননা
শিংলক্লিবা অকনবা নোং-নুংশিংসে
কবি-কবম থোক্লগবা ?
মরু ফুকক্রে উপান কয়া
হুমদোকক্রে য়ুম কয়াসু
তারি মীকপ-মীরাউ
তেংথা-নাওইবা কয়া
অকিবা, তুজুংবা, নুংনাংবা, অশাউবগী মরক্তা।

অশেংবমত্তি —.
শিংলক্লিবা নোং-নুংশিংসে
পেন্দবগীনি
মনীং থুংদবগীনি
চারাম-চদংনবগীনি
অশাউবগীনি।
অথৌ লিচা হেন্নশিং
মখোয়গী মতিক-মঙন শীংথাবা
খোর্জে শূবা শৈরাংবশিংদুগী
মার 'খোঙগুন লীবদা
নীংথিনা হিমায় চুন্বা ঙমদ্রবা
হিনাউ শাবশিংগী হিদান্নবদা
ঈবাক্লববা হিবোয়শিং
নোং-নুংশিং মবকসিদা
খঙদ্রে
লম্মুক্লববা
মায়কৈ-শলাই খঙদনা।
তত্তনা তায় অহৌবা মখোন —
দং!
দাং!
দোং!
মনীংলোমদসু মমাঙলোমদসু
মখাদসু অরাংদসু
অদুগা তিনখি নোং-নুংশিংকী শউম 'লক্তা।
শিংলক্লিবা নোং-নুংশিংসিদা
কয়া অমনা মিপাই

নুংনাংঙি
নুংশা থী;
থৌশা-ৱাশাদবসু কোঙ্গায়নি
খনবা মাল্লে
মবাইনা লেপচখিগনি
শিংপর্মখে শিংলগা মপাঙ্গন হল্লক্লবদা।
লুনা থোক্লনি
নোং-নুংশিংসিবু নেমথহনবা
তবাইবা নত্তে পূমথিং থিংবা ,
শিংলক্লিবা নোং-নুংশিং
শীংনবনি,
ওমখত্নুনা লৈবন্না মৈগী চীং
পোকখায়বকপদগী শিংলকপা
মৈ য়াওবা নোং-নুংশিংনি।
থবায় চুপ্পা
অফ-ফত্ত খণ্ডদ্রবা
অতম্বনা
পোথা-পোথা শিংলকপা
মৈরিক্তগী মৈজাউ ওল্লক্লবা
ঈখেং হাথবা নোং-নুংশিংনি।
নোং-নুংশিং !
শীংনবগী নোং-নুংশিং !
পেন্দবগী নোং-নুংশিং !
অশাউবগী নোং-নুংশিং !

ইম্ফাল
২৫-৭-৯৩

# খোঙ্জুন

মরী-মবী
মাঙদা তারিবা খোঙ্জুনশিংসে
চৎখিবগীনি মখোয়না
নোংমা মতম অমদা,
খবগীনা মুৎশি-মুৎশিবে
খবগীনা তরু-তরুবি
য়াওরি মবকসিদা —
মৈদিংগু কিয়াম্বগী
মৈদিংগু খাগেম্বগী
মৈদিংগু চবাইবোংবগী।
মৈদিংগু গম্ভীরসিংহ পামহৈবা
মশূ ইবুংঙো ভাগ্যচন্দ্র
নর-গম্ভীর-চন্দ্রকীর্ত্তি
ওন্নমক্কী খোঙ্জুম্নি ময়ামসে।
সনা-খোঙ্জুলক্তা
য়াওরি —
মায়চৌ খোংনাংথাবগী
অপোইবি ননা মচাগী
লাঙ্গোন লুখোইগী
কোনোক থেম্প্রাগী
মুৎনাইদ্রবা খোঙ্জুন কয়া 'মা।
হৈরাংখোংজা, চীংলেন সনা
চোংথামিয়া, য়েংখোইবা
পাউনা, থাঙ্গান, কোয়রেং
মখোয় ওন্নমক্কী খোঙ্জুলসু

য়াওরি মবকসিদা।
খোঙ্গুনশিংসিগী খুদুং ইন
চৎখি মীচম কয়া 'মসু
চৎলি
চৎখিগনি
ইবেবাক-ইবমদমগীদমক
থরায়বু পোল্হা ওইবগা,
চোংশিনখিবনি খঙনা-খঙনা মৈবক্তা
নোংজু-নুংশা উমং-রামং থিদনা,
য়াওবিবনি মখোয়গী খোঙ্গুনসু
ঈখেংতনা মচু শঙলবা
তাবিবা খোঙ্গুন 'লকসিদা।
চিবোনতনা তেংথা-নাওইদুনা
তাংকী পি শীম্থবতনা
খোঙ্গুন্দা লৈ কৎপতনা
ধূপকী নুংশিববা মনম্না হাহনবতনা
নত্তে সম্মান উৎপা খোঙ্গুনশিংসিদা,
কংশিল্লবা অঙাংবা খোঙ্গুনশিংসে
চোৎহনবতনা ইশাগী হুমাং অমসুং ঈতনা
ওইগনি পূজা খোঙ্গুনশিংসিগী,
শক্তনি মাব খোঙ্গুন লীবা
লাইওইখ্রবা অথৌ লিচা হেয়শিংগী।
মদুতদা —
হেন্না ময়েক শেংগনি
মবী-মবী
মাঙদা তাবিবা খোঙ্গুনশিংসে।

ইম্ফাল
১৩-৮-৯৩

## গুড বাই

বাই-বাই
গুড বাই।
কায়নবসি
চংখবোকো
উন্নববোই হয়েংদগী
নীংশিংলক্কে মতম অমদা
ইতিহাসকী লামায়দা।
বাথোক-লাম্বোক, মীশি-মীনা
কল্লক-য়েংথী, অবা-অনা
থম্মম্মনু অমতা

পুম্রো ওম্না কোকথোং নাদুনা।
থবক হাপ্পবা লৌখিবা শেন
শিংহল্লমদনা চৎলবোই
মী খৎনৌ ঈনশিল্লম্বা
খামদেক্লমদনা হল্লবোই,
মীচঙ-মীখায় নাইবা লোনচৎ
তম্বিবম্বনি নহাক্লা,
ঈচাউনা নীংখায়হল্লম্বা লৌনম্বান
শেমজিন-শাজিনবা লোইহল্লমদ
চীনগা খুৎগা মান্নদবা
খাশকপগী কিবা নৈতবা
লৌনম ফিজোন শেৎপা
নৈঙাক্লোয়শিংবু লোইশিল্লমদ
নঙবু তুমিন চৎলগেবা ?
খঙগে,
খাম্বা য়াববোই নহাক
চৎননবা থোরক্লবনি,
পুখো চৎলবদি খবা
থন্নম্রনু পামদ্রবা কয়াসে
প্রায়শ্চিত তৌ নঙসু খবদি
উন্নববোই হয়েংদগীদি
চৎখবো-চৎখবো
কায়নবসি
বাই-বাই
গুড বাই।

ইস্কাল
৩১-১২-৯৩

**আই এস কাঙজম**গী ফোঙলবা লাইবিকশিং -

**মণিপুরী**

| | |
|---|---|
| একাঙ্কী | বিদায (১৯৬৭) |
| | তাঙ্কক অমগী লীলা (১৯৭৫) |
| | শকতম মবি (১৯৮০) |
| নাটক | যু লিক্লী (১৯৬৭) |
| | প্রাপ্তি - অস্তি (১৯৬৮) |
| | খোঙথাং অমতদা (১৯৭১) |
| | মোংযাম্বা (১৯৭১) |
| | ডাকূ কূঁৱব সাগব সিংহ্ (১৯৭২) |
| উপন্যাস | চিত্রকাব (১৯৭২) |
| ৱাবীমচা | কবিগী (১৯৭৭) |
| অঙাংগী সাহিত্য | নযাম্বগী খুদোন (১৯৮১) |
| লোন-নৈনবা | লোনগী ৱাবেং (১৯৭৭) |
| ৱাবী পিকক্র | ৱাবী পিকক্র (১৯৯৩) |
| শৈবেং | নোংমতগী পুন্সি (১৯৭০) |
| | লৈবাং লৈচন (১৯৭২) |
| | বলিগী শা (১৯৯৬) |

**হিন্দী**

| | |
|---|---|
| লোন-নৈনবা | হিন্দী মণিপুবী ক্রিয়া-সংবচনা (১৯৮৯) |
| শৈবেং | মীতৈ চনু (হন্দোকপা, ১৯৮৭) |
| | ফাগুণ কী ধূল (হন্দোকপা, ১৯৯০) |
| | আধুনিক মণিপুবী কবিতাএঁ (হন্দোকপা, ১৯৮৯) |
| ৱাবীমচা | প্রতিনিধি মণিপুবী কহানিযাঁ (হন্দোকপা, ১৯৯৪) |

# আই এস কাঙ্জম

| | |
|---|---|
| পোকপা | খৃষ্ট-কুম ১৯৪৬<br>নাওবেমথোং, শগোলবন্দ, ইম্ফাল। |
| মপুংফাবা মিং | ডা ইবোহল সিংহ কাঙ্জম |
| শিনফম | মণিপুর বিশ্ববিদ্যালযগী<br>হিন্দী বিভাগতা ওজা। |
| সাহিত্যগী পোৎথোক | মণিপুরীদা লাইবিক তবাতকক<br>হিন্দীদা লাইবিক মশা |
| মনা-মথুম | সেন্ট্রেল হিন্দী ডাইবেক্টোরেট, ভারত সরকারনা খৃষ্ট-কুম ১৯৯০ ৯১ দা হিন্দীনা মমাবোন নত্তবশিংনা হিন্দীদা ইবগী মনা "আধুনিক মণিপুরী কবিতাএঁ" দা। |
| লৈফম | নাওবেমথোং লৌক্রাকপম লৈকাই শগোলবন্দ রোড,<br>ইম্ফাল, পিন — ৭৯৫০০১<br>মণিপুর। |